# ꯂꯩꯇꯣꯡ ꯈꯣꯡꯂꯨꯕ
# শৈথারোল মরীশুবা

এদিতর

দোনেশ্বর কোন্সম




শৈবেংবশিংগী অপূনবা লূপ (শাল), ইম্ফাল

# SHEITHAROL MARISHUBA

*an anthology of 210 lyrical poems by 43 lyricists*
*edited by* Doneshwar Konsam


| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ২০১৩ ইং |
| অফোঙবা | ঃ | শৈবেংবশিংগী অপূনবা লূপ (শাল), ইম্ফাল, মণিপুবগীদমক কৈশাম প্রিয়োকুমাব সিংহ, সেক্রেটবিনা ফোঙবা |
| কোপিবাইত | ঃ | লাইবিকসিগী ওইনা শৈবেংবশিংগী অপূনবা লূপ(শাল), ইম্ফাল |
| মখূম | ঃ | যেন্দ্রেম্নম বনধিব কুমাব |
| কোপী মশীং | ঃ | ১০০০ |
| লাইবিক ফংফম | ঃ | ইম্ফালগী লাইবিক যোনবা দুকানশিং শৈবেংবশিংগী অপূনবা লূপ(শাল)গী ওফিস |
| মমল | ঃ | লূপা ১৮০/- |

নম্ফমঃ উলেল্ মীতৈনা টাইপসেট তৌবগা, কে কে প্রিন্টর্স
পাউনা বাজাব, গভর্নব লম্বীদা নম্বা

# এদিতরগী ৱারোল

লৈতে কবম্লা হায়বা ঙমগনি নাচোম অমগী ফজবা। অউবশিংনসু শোয়দনা হায়নগনি মসিমদি তশেংনা চুম্মিহে, পঙখন-খঞ্জিনবা নত্তে, হেন্না হায়মনবসু থোক্লোই, ফজে। মবমদি ফজবা অমদি ফজহনবা হায়বসিনা মসিগী থৱায় ওইবি। মসিদগী লৈথোক্লগা থৈদোক্লগা হায়বা য়াবা অতৈবুদি লৈবমগনি, য়াম্না শেংনা হায়ববদা মসিসু লৈবল্লোই হায়জবা ঙম্বগী, থৌনা লৈতবগুম্বনি। মসিমক ওইদুনসু মসিমসু অচুম্বনি, অশেংবনি- ঙল্লোই হাযজবা য়াওবল্লোই লৈনম চেন্দবা, শুমহৎতবা, থম্মোয়বু ঙাওহন্দবা মশক-মওং অদুমক মসিদা। মবমদি মসিদা  কবম্লা হেক্তা হায়গনি থৌনা ফনা লোইনমক লৈনম চেনবা, য়েংবদা হেক্তমক পূক্লিং চিংশিনবা ঙম্বা, শুমহৎলবা ঙাক্তনি। অদুবু কবম্লসু থাজবোই ফজনবা লৈখল চানা হাপ্লিবা লৈনাসিসু চেম্লম্লগনি লৈনম লৈকাসিখক্তা নত্তনা। অচুম্বনি লৈচল শেম্বদা য়াওবিবশিংগী লৈখল লৈচু লৈনম খেন্নববসু, অমত্তা ওইবগী শক্লোন্দা ঐসু হিংলি হায়বগী মশক অমা উৎলবনিনা হায়বা তাবনি শোযদনা ফজে, নুংশি, থাজবা তাবনি অমতনি অমতনি লৈনমদি, হাযবা তাবনি লৈনাসি যাওবম্বসিনদুম হেন্না লৈহনবনি ফজবা লৈগী, মসিননি ফজবনা থৱায় ওইবিবা, মসিননি নীংশিংবনা মাগী ওইবা লীপুল অসিনা পূক্লিংবু ৱাখলবু থম্মোযবু পুনবা ঙম্লিবা। অদুনা থম্মোয় শেংনা হায়জবা ঙল্লে ঙসিদি মসি অমত্তা ওইবগী লীচিং অদুনি, অপূনবগী লীপুল অদুনি, শক্লোন অমগী মীকৌ অদুনি, মান্নবা ৱাখল্লোনগী মীনোক অদুনি, পঙনুংদা নুংশিবিবগী ফজবা অদুনি, ইপক্তা পকই খনবিবগী পেঞ্জবা নুংঙাইজবা অদুনি অমদি থাগৎপিবনি খঙনা খঙনা কেজবা ওইনজবা নৌজবা অদুনি পূম্নমক্কী মফমদা। পূম্নমক অসিদা য়াওবি নখোযগীসু। অসুম্না খঞ্জে, থাজজে। থাজবা অসিগী লম্বী অসি যাম্না শাংই, চুম্মি, য়েন্নীংথাদা  ওইদুনা লৈ, ফজবা শুমহৎপা অমসুং নুংশিবনা মাগী পূন্সি ওই। মসিগী ফজবা মফজা, মসিগী নুংশিবা মনুংশি অমদি মসিগী শুমহৎয়াই অসিমক্তি শিদয়াই-নাদযাইনি মসিবু পামজবিবশিংদদি। মসিবু থম্মোযগী মীৎনা তশেংনা উবিববদি কবম্লসু হায়বোই মহৈ য়াল্লে, পেঞ্জবে। হাযনগনিদা শোযদনা। অদুনা শিন্নববনি নখোযদা পূম্নমকসি হন্না শিবা নাইদবা খোঙচৎ অমগীদমক।

# সেক্রেটরিগী ৱায়োল

শৈথাবোল মবীশুবা ঈশৈ শৈবেং লাইবিক অসি শালগী ওইনা পুথোকচবা তবানিপালশুবা লাইবিক্লি। মমাঙদা তোঙান-তোঙানবা হীবমদা ঈশৈ ময়েক্কী ওইবা লাইবিক খবসু শৈবেংবা শৈবেংবী ময়াম্মা মাগী মাগী ৱাখল্লোন্দু খূৎইদা ফোঙদোক্নুনা ইবা অপূনবা লাইবিক পুথোকচব্রে অমদি লনাই ওইনা অইবা অইবী খবগী ঈশৈ শৈবেং লাইবিক খবগসু ফোঙদোক্নুনা শালগী মমিংদা পূন্না লাইবিক তবাতবেৎ হান্ননা ফোঙপ্রবনি। অদুগা হন্দক পুথোকচবিবা লাইবিক অসিনা নূপী ঙাক্তনা শকপা য়াবা ঈশৈ ময়েক্কী ওইবা লাইবিক্লি। লাইবিকসিদা শৈবেংবা শৈবেংবী নিফুহ্নমদোইনা মাগী মাগী নীংজবা ৱাখল পবীংদা মশাগী ওইবা খূৎইদা ফোঙদোক্নুনা লাইবিকসিদা খূদোল তম্লি। অসুম্না শালনা তোঙান-তোঙানবা হীবম ৱাখল পবীংদা মখল-মখলগী ঈশৈ ময়েক্কী লাইবিকশিং লেপ্তুনা পুথোক্নুনা মীয়াম অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা খূদোল তৌজদুনা লাক্লি। মতূংদসু অসিগুম্লবা লাইবিক কয়া অমসু পুথোক্লবা শেম-শাজবি। মসি পূম্নমক অসি শালবু নুংশিবিদুনা ঈশৈ ময়েক পীবিবকখিবা অকাশবাণী, ইম্ফালনা শকখঙলবা শৈবেংবা শৈবেংবিশিংগী মতেঙদগী অমদি শালগী থৌমী পূম্নমক্কী মপান্দগী হাযবিবা থবকশিং অসি পাঙথোকচবা ঙমজবিবনি।

শাল চৎলিবা চহী ২০১৩দা চহী অহূম মপূং ফাবে। শালনা চহী অহুম শুবকপগা লোয়ননা হৌজিক শালগী থবক থৌবমসু পাকথোক-চাউথোক্লবা হোৎনজবি। মবম অদুনা চৎলিবা চহী অসিদগী চহী খূদিংগী শালনা অপূনবা লাইবিক অমমম পুথোকচবগী মথক্তা শৈবেংবশিংগী নুমিৎ অমদি শৈবেংবশিংবু ইকায খুম্নবা ঊৎপগী থৌবম পাঙথোকপা হৌজবগনি লোযননা চহী অনী অনী খূদিংগী ঈশৈ ময়েক্কী অফবা লাইবিক খনগত্নুনা মনা অমসু পীবা হৌজবগনি। হায়বিবা থবকশিং অসি পাঙথোক্লকপা মতমদা শৈবেংবা শৈবেংবীশিংগী মতেং য়াওদনদি কবিগুম্বা অমত্তা পাঙথোকপা ঙম্বগী ৱাফম লৈজদে। অদুনা শালবু নুংশিবিবশিংদগী য়াইফ থৌজাল নিজবি, মীনুংশিগী মীৎযেং য়েংবিনবা হায়জবি। লাইবিকসিগীদমক ঈশৈ ময়েক পীবিবকখিবা পূম্নমকপুসু ইকাযখুম্নবা ঊৎচবগা লোযননা থাগৎচবি।

ঈশৈনা পুন্সিগী লাইনিং ওইবিবশিংদা
ঈশৈ ইবগা থম্মোযগী মপাউ তম্লিবশিংদা
ঈশৈ শক্লগা পুন্সিগী অৱাবা কাউবিবশিংদা

# শৈরোলগী অহানবা পরেং

**ব্রাহ্মেংবম মাইমা সিংহ**



**নিরঞ্জন উশম**



**থিংবাইজম স্বাবনকুমার সিংহ**



**জমুনা ময়েংবম**



**সলাম শান্তিবালা**



**শগোলশেম বিলাশিনি দেবী**

**হবাইবম জাদো**

**দোনেশ্বর কোন্সম**

**উ লেন্ মীতৈ**

# পূক্লিংনা থেল্লি পীখোনে পাউখুম

পূক্লিংনা থেল্লি পীখোনে পাউখুম
ৱাখলনা খাল্লি পীখিনু ঙাইখো
পূক্লিং ৱাখল অনীগী চক্রীদা
অহিংসিমসু তূমহল্লোই ঐবু।

পুক্সিদা অহানবা থেংনবা মাবু
খম্থবা নংদনা ঐনা নুংশিকব্বা
খবদি হাকমল্লি শোনমল্লি থস্মোয়
হাযখিনি মীনা ইকায়খঙদবিনি।

লাক্কনি শোয়দনা হয়েংসু মাদি
হঙ্গৎ-হন্দা তোয়না চৎলবনি
ঐনা 'সুম তূমিন্না লৈথোক্লবদি
ইকায়খিনি খঙই মায়শোনবদো
হোয় হায়না হেক্তা খুমদোকখ্রসিবা
পঙলবী ঐঙোন্দদি ফুম্বংনবে।

থাংজম কোল্লা

## নুংশি ঈপাক ঈয়াইসিদা

নুংশি ঈপাক ঈয়াইসিদা
হোনমিন্নসি নঙগা ঐগা
পুন্সি খোঙলোয় হিবোয় নঙগী
ওইহনবিয়ু হিনাউশাবী।

তোবৈদগী তোবৈ কয়া
হিদেন্দগী হিদেন কয়া
কোয়না থুংনা তুংইঙ্গগে
ৱাববসু ৱাকৎচবোই।

নৌবেল হিনাউ ঈথক-ইপোম
হিবোয়গীনি নোংদম খূদোল
নোংজু-নুংশা নোংলৈ-নুংশিৎ
থেংনজগে নোক্লা নোক্লা
পূক্লিং ৱাখল খোঙফম চেৎনা
ওইহনবিয়ু হিনাউশাবী।

**থাংজম কোবা**

# নীনিতংগী খোঙবুরোয় ওইখ্রগনি লম্লানবা

নীনিতংগী খোঙবুবোয় ওইখ্রগনি লম্লানবা
নুংশি-নুংওল ঝাবীদো লোইখ্রগনি লমখাঙদা।

পুক্নিংগীদি অবোইবা কায়নবগী মতমদো
খঙহৌদনা ঙসিদি থোক্লবেদো ঐগীসু
ওইহনবিবে মালেমসে ঐগীতদি অবেম্বা
ওনখ্রমাল্লে তাইবংসে লৌনমহৈবা যেক্লবা।

ঙমজদে মৈচাকসে থম্মোযনুংদা লোৎচবা
ফংহন্দে নীংতম্না থম্মোয় পেন্না কপচবা
লৈবাক্কিদি চৎনবী নহাক্তনা শীন্দুনা
ফুমজিনবিবে ঐবুদি হিংনা হিংনা মোংফমদা।

থাংজম কোয়া

# শাউরংননা চৎখি নঙনা

শাউবংননা চৎখি নঙনা
মবমদুসু খঙদে ঐদি
হল্লকখিনি খল্লুই অমুক
হল্লকখিদ্রে নঙদি অদুম।

নুংশিচাউবা থম্মোয় নঙগী
থৌদু নূংগুম কনম্লমাল্লে
ওইনজকবী ঐবুদি
তাইওন্ননা খনম্লমাল্লে।

লাক্লবসু নঙনা অমুক
ঙাইখিগনি ঐদি নঙবু
থৱায়সিনা হিংলিমখৈ
মালেমসিদা লৈবিমখৈ।

থাংজম কোরা

# কায়নরসি ঙসিদগী

কায়নবসি ঙসিদগী
নঙগা ঐগা মপোকসিগী
শকখঙদবী লম্লানবিনি
থম্মোয়নুংদা খন্নবসি।

নঙনা ঐবু থাদোক্লম্লে
থম্মোয়নুংদা ৱাবৌজদে
নঙগা লম্বী তিন্নবমদে
নোংদম্বদা তাইনজদে।

লেমহৌবিবা নঙগী পুন্সি
য়াইফবতা ওইবসনু
ঐগী থম্মোয় মৈচাকসিদি
নঙগী শকক থুংদসনু।

থাংজম কোরা

# ঐগী মল্লবা হকচাংসে কান্নদ্রবা

ঐগী মল্লবা হকচাংসে কান্নদ্রবা
মৈ-থাদোকপিয়ু অবোইবা ওইনা
ঐগী থম্মোয়সিতংদি খাক্লুনা থম্বিয়ু
লোত্তুনা থমজবিবনি নুংশিবা মহাকপু।

মাগীদমক্তি হিংলম্বা বাবসু বানা
মাগীদমক্তি ঙসি ঐনা চৎপা তাবিবা
লেঙদনা থম্বিয়ু মাবু মাগী লৈফমদা
মাতবু পুদুনা ঐ হল্লকপা ঙম্মনবা।

নুংশিবা য়াওদনদি চৎলোই নোংদোন্দা
মহাক নত্তনদি ঙম্লবোই হিংজহৌবা
নুংশিবা লৈবিবা থম্মোয়না চাকত্র’দি
হায়য়ু কনাগীদমক ঐনা হল্লক্কনি।

কে সি নন্দ

# করিগী থম্মোয় পানবিরম্বা

কবিগী থম্মোয় পানবিবম্বা
কবিগী নুংশিবা ফাওহল্লম্বা
মীমান্নদ্রবী মীৎ উদ্রবী ঐহাকপু
কবিগী চাকহল্লি অসুম্না অমুক।

ফোঙদোকপসু ঙমজদে মঙোম্দা
কৌজবসু ইকায়জৈ তোয়না
লাক্লগদি পেঞ্জৈ ইনাকসিদা
ব্রাহৈ অনীদং হাযবদো নুংশিনা।

ঐগী ইশক ফজৈ হাযবদাই
ঐগী খোঞ্জেল নুংশি শোনবদাই
মদুতনা লোইবদবা ঐগীনি হায়বা
হায়হন্নিংবা ব্রাদুদি হাযববোইদবা।

কে সি নন্দ

# লাক্কনি ঝাশকখি কয়ারক নঙনা

লাক্কনি ঝাশকখি কয়াবক নঙনা
কুমজা অমা ওনখ্রফাও লাক্তবে ইনাক্তা।
হৈন-লীচৎ ওইবন্নে নঙগীদি ঝাশকপা
থাজকুবনি ঐনা থাজগনবা ইহৌশা।

অহিং কয়াসু হৌখবে তূমদনা
ঝাকৎ কয়া তমজখি মালংদা।
কনাবু ঙাইবিবা হংজখি ইথন্তা
ঙাইকুবা ওইবন্নে মীনবু নোক্লবা।

হৌখবে পুন্সিদি হল্লকপা লৈতনা
নঙগী মৈচাক্তি লৈহৌবে হোংদনা
নোক্লবিনি নঙনা ঐগীদি অশোনবা
থাজবোই মঙমদবা ঝাশক্তো অবানবা।

কে সি. নন্দ

# ঐদি কপ্পরোই অমুক ৱাররোই

ঐদি কপ্পবোই অমুক ৱাববোই
কপমন্দুনা কংখবে পিবাং
ৱামন্দুনা হৈনবে অৱাবা।

লাইজনুংগী লৈম্লেনা ঈবোম্নুংদা হিংবগুম
অৱাবতা নংবনা হৈনবে ৱাবসে
কেনগনি খঙনা শিঙ্গাবৈনা শাংপগুম
কায়নদুনতা লাকপনা কায়নবগীসু ৱাদবে।

নমথাক কয়াসু থেংনখ্রে ৱাশকসু কায়খবে
ৱাবৌবসু হৈতবে ৱাবৌফমসু খঙদবে
ওইজবা থিবা তাইবংনা কান্নবতা থিবগুম
অৱাবদা নোক্লা হিংবা তমহৌবে ঙসিদি।

কে সি নন্দ

# ঐগী ইমীত্তগী নাথৈদুনা মীনদি পোৎ হূখি

ঐগী ইমীত্তগী নাথৈদুনা মীনদি পোৎ হূখি
ঐগী ইমীত্তা য়েংলগা নঙনদি থম্মোয় হূখি
থম্মোয়তা নত্তনা ঐগী তৃপ্লিংবসু নঙনা হূখি
অসুক চাউবা নবালসিদা কবিগী শাউদে ঐনদি।

পোৎ হূখিবা মীবুদি ফাহল্লি তাক্তুনা অঙম্বদা
থম্মোয় হূখিবা নঙবুদি ফাগে হোৎনবি থম্মোয়না
অহিং-নুংথিল নীংদুনতা লৈবে নঙবু থম্মোয় হূবা
ৱাদবা ঙমদে নঙগী নহৈদো অতৈদা ঊৎলুদবা।

লাক্লো হূববো পূক্লিং হকচাং হূদনা-হূবদি
খঙদবা শাদুনা ঐবু কবিগী মৈচাক খাঙবা তম্বিৱি
নঙগী থম্মোযদো হূগে খনববি নতৌবু তমদুনা
মদুতদি মঙমদে কবিবু ৱাৎপনো ঐগী ইতৌদা।

কে সি নন্দ

# শাউনরুরগা নূপা ওইবশিংগা

শাউনকুবগা নূপা ওইবশিংগা
চমথোক্লসি হায়বক্লবা
লাযন চম্না খল্লুনু
ব্রাখল-লৌশিং মাঙলুনু।

খোইমুনা হেন্না শিংহনগুমসি
লৈবাংসু পঙনা শাৎহনগুমসি
পাইনিংবা মতমদা পাইখ্রগা
লেঙদবা লৈবাং কপহৌনি
থম্মোয় কায়ন' হিংহৌনি।

কোবৌগী মৈশা ফংলগা
খঙহৌদ মীৎকৃপতা মাঙখিবা
তিংথৌ মতোনগী লীক্লাগুম
তোন্না হিংবা পুন্সিনি
নূপী ওইবী মপোকসে।

ঙাইরাংবম মুনিন্দ্রো

# লোইদাম থাবুম ফাদ্রিঙৈ

লোইদাম থাবুম ফাদ্রিঙৈ
নঙগা ঐগা খঙনবা
থাংলক্লিবা খোঙথাংদুগী
পীজবা ঙম্লোই খোঙদাফম।

লৈবাংনা শাৎহৌনি লেঙদবা উপালদা
কপ্তুনা লেলহৌনি তোল্লবা মপোক্লা
তামখ্রবদা নঙনা ইনাক্তগী
পাইখ্রবদা নঙনা মায়কৈ খঙদ'।

থেল্লবা ৱাখলগী লুববা তানফমদা
চোংশিল্লি মৈবীদা পঙলবা মৈবানবী
য়েংহৈদবা কয়া য়েংহন্নবা
উহৈদবা কয়া উহন্নবা।

ঙাইবাংবম মুনিন্দ্রো

# হংলমদে হায়নি খন্দুনা

হংলমদে হায়নি খন্দুনা
হংলম্বা মাগী ব্রাহংনি
ব্রাবোইপোৎ পুত্রবা মতুংসিদা
মাগী মবাল থৈদোক্লবা।

মাগী মায়থোঙদা তাখিবা
ব্রাখলগী মমি উদুনা
খুমখিবা ঐগী পাউখুম্নি
কায়হৌববসু থম্মোয়সে
মাতগী য়াইফবা ওইনবা।

পলেম পম্বৌগী য়াথংবু
লৈমায়থক্তা তাহন্দ'
পোকচমল মহৈ য়ানসনু
খাংঙুথক্কী খোঙলোয়দো
লাইবক ফবদো ওইসনু।

**ঙাইবাংবম মুনিন্দ্রো**

# ঐগী থাজ লাক্লরোই

ঐগী থাজ লাক্লবোই
মন্ন' থম্মোয় ঙাল্লবোই
নুংশি মপাউ তাববোই
ৱাখল ঈথক হৌববোই।

অমম্বা লৈবোন্নুংসিদা
মঙালগী ৱাখল থাদোক্লগে
থাজগী থাবল উদনবা
থম্মোয় মীৎয়া উইশিল্লগে।

পুন্সিগী লৈচিল-নোংফাইনা
কৃপখিবা কোবৌ মঙালনি
ৱাখলগী নোংলৈ-নুংশিৎনা
ওৎখিবা অহিং কয়ানি।

ঙাইরাংবম মুনিন্দ্রো

# নুংশিবা অমগা ওন্নখ্রবা ঐগী থম্মোয়নি

নুংশিবা অমগা ওন্নখ্রবা ঐগী থম্মোয়নি
থাজবা অমগা শিন্নখ্রবা পুন্সিনি
মক ফংনা মাঙলবা
তাঙ্গোই তানা চাক্লবা।

তমথিবা লম্মৈনা ৱায়খ্রবা
লোইবী চীংগী উপালদি
নোংমদি ময়োল চোংলকখিনি
যেন্নীং থানা লাকপদা।

মীৎনা উবদা লৈবিবা
তমথিবা কয়াবু উঙমদ্রবা
ঐনবু কবম খঙলুনি
মৈগী চীংগী হৌবকফম।

ঙাইবাংবম মুনিন্দ্রো

# পাখঙ ফানসে থাদুনা য়েংলগে

পাখঙ ফানসে থাদুনা য়েংলগে
নঙসে অশেংবা পাখঙলা খঙনবা
নুংশিবা তহ্না-তহ্নবকখিনু কৈদৌবগে।

য়ুমগী তালোইদো লৈবম্বা থোক্লবা
তৌঙম্বীনি হায়বিবনি ঐবুসু মীযাম্না
শুরু-শুরু ভুরুং-ভুরুং ঙংলকখিনু
মীয়াম মমাঙসিদা ইকায়ৈজে ঐসু।

দ্রক্তা লাইচুববা পাখঙ কয়ানা
মোইথেম তৌব-তৌবগা হন্দোক্লম্বা
কয়ানি হাক্লা থাজবা ঙম্লোইযে
চাংয়েং অমতংদি তৌখিগে ঐসু।

অরুণকুমার নোংমাইথেম

# নঙগী ৱাহৈদা থম্মোয় কায়খি

নঙগী ৱাহৈদা থম্মোয় কায়খি
শুমখি ঐবু মীৎকৃপ খবা
নাপ্লা চীক্লা হায়খি নঙনা
খৌবাংবসে কোক্লগে
থম্মোয় অনীগী মবীদা।

নঙগা ঐগা লৈকোন্দুদা ফমখি
কনা উদে অচীকপা মফমদুদা
লৈবাংশিংদি নোকখি নঙ-ঐগী ইতৌদা
খঙহৌদনা হাইদোকখি মতোম্মতা শন্নাংসু ।

ঙাইখোনে নঙবু চোইহৎখিনি লৈনাসে
থাজনা উখিনি হেন্নদুম ইকায়জে
মীৎকৃপসিদা খল্লকখি ঐবু কবি ওইবগবা
নাম্বোকপদি ঙন্নোই নুংশিবা নফমদগী।

**অরুণকুমার নোংমাইথেম**

# ঐবু নঙনা কাইহৌরম্লগা

ঐবু নঙনা কাইহৌবম্লগা
শমায় লৈদুনা চৎকে খনগনু
য়াবোইকো ঐদি য়াবোইকো।

ব্রাখলনা নঙবু খঞ্জকবনি
থম্মোযনা নঙবু পামজকবনি
ঐহাক্লা লৈকোলসিদা শাৎচবিবসে
শোয়দনা ঙংলখিনি খন্না শাৎচবনি
য়াবোইকো ঐদি য়াবোইকো।

ঐগী পৃক্লিংসে নুংশিবকইদা
নহাক্কী নতৌসে চিংনবকইদা
কোচি থাংবা ব্রাহৈশিং
ঙাঙবা হৌবক্লে ঐহাকপু ইবাল শীবিগদৌবে।

অরুণকুমার নোংমাইথেম

# কায়নবনা পম্বুংনি খঙলম্লবা

কায়নবনা পম্বুংনি খঙলম্লবা
কবিগী ব্লাকনি পুক্সিসে
লৈহৌনি হায়বগী অসুম্না।

কায়হৌবে থম্মোয় মচেৎ তানা
নুংশি ঈথক্লা য়ৈবদা
শীঙ্বক্লে মীৎলুদা পিবাং
হৌখ্রবা পুক্সিবু নীংশিংনা।

কপচবনা ইশকক ওইববা
পুক্সিগী ইবালনি খল্লগে
থম্মোয়গী ব্লাকৎ কয়াসে
তিনখ্রসনু হাঙল মালংদা।

অকশকুমাব নোংমাইথেম

# কুমগী নোংজু ঙাইরিবা লৌবুকশিং

কুমগী নোংজু ঙাইবিবা লৌবুকশিং
চাক্লো ঙসিদি মৈবী থোক্লা
মৈবী কয়ানা ব্রাযহল্লো অতিয়া
চীঞ্জাক ওইহল্লো মীওইবনা মীওইবগী।

য়াঙ্গংলবা য়াঙ্গংলবী মমা-মপা
ব্রাজবকখি কয়াদা মচা-মশুশিংগী
নোংখাং চাইববা শব্দ পোলাংশিং
ফংদ্রি পোত্থাবা হিংনবা থিবদা।

শীন্থবকপা ঈখেং হকচাং পোলাংদগী
ওইবি মালেম্না খৌবাং মৈচাক কোক্লবা
খুইববা উন্সাদা অনৌবা ঈচেলনা
ঙল্লবোই তেকখৎহনবা অমুক হন্না।

অরুণকুমার নোংমাইথেম

# নশুংলাংগীনি ঐনা হিংজরিবা

নশুংলাংগীনি ঐনা হিংজবিবা
তাউজবিবনি নঙগী মঙলান্দা।

উবিনবা নহাক লৈত্রবদা
ফজবা লৈতেংনা কৈদৌনি
তাবিনবা নহাক য়াওদ্রবদা
কৈদৌননি নুংশিবা ঈশৈসে।

যেংবিনবা নহাক্লা চৎখ্রবদা
নীংথিবা ফিজোলনা কৈদৌনি
খঙবিনবা নঙনা লাক্রুবদা
কৈদৌকনি অশেংবা য়াব্বানা।

মাঙখ্রসনু ফজবা পূম্বা
লোৎখ্রসনু শৈহেক-শৈদা
মূৎখ্রসনু থম্মোয়গী য়াব্রাসু
মাঙখ্রসনু লৈজবা পূম্বা
চিংনবা লৈতে নশুংলাংগী।

শঙ্কেনবম ভানুমতী দেবী

## খোইনৌ নঙবু চান্নবী

খোইনৌ নঙবু চান্নবী
নাম্বা পুন্সি লোয়নবী
য়াওবিনে পাউখোং অমদি
নহাক্কী মোমোন মীনোক্তি।

শজিবু থানা লাকপদা
কুমগী লাকয়েন তাইবকপদা
থম্মোয় মকা ফোংলকপবা
পূক্রিং খোইমু পাইবকপবা।

শাংলবা পুন্সি খোঙচৎতা
পুবিবা নুংশি পোৎলূমদো
মতমগী নুংশিৎলকসিদা
শিন্নফম্মু ফংলববা।

মচু শঙলবা নুংশিবনা
মায়খুম চেৎনা উপ্লবা
অবেপ্পা লৈত্রবা তাইবংসিদা
থাজনিংদ্রে নুংশি পোৎলূমসে
শিন্ননিংদ্রে মক্তুবা ইবলসে।

**শগোলসেনবম ভানুমতী দেবী**

# পলেম ঐগী নুংশিবী

পলেম ঐগী নুংশিবী
মচা চানবী নীংথিবী
অনৌবা মতমগী পোইবৈদা
মাঙত্রে ঈনাৎকি ফজবা।

ইমা নঙগী মাঙ্গোলদা
পাঙনদেম মখোল তাখিদবে
পম্বৌ মাঙ্গোল খেঞ্জোংলাং
কবো য়েৎতুম নামিবী
নুজা খূত্তা পায়দুনা
ফনেক ফিবূম লোনখিদবে।

পলেম ওইবী কয়ানা
খ্বাঙদা তূঙ্গোল য়াম্দুনা
লেশ্লে ঙাফা চৎচবা
অনৌবা পুম্সি লাকপদা
খেন্নববু উকবা
নীংশিং নীংশিং নুংওম্লি।

শঞ্জেনবম ভানুমতী দেবী

# মোমোন্তা নোকচবা শক্তম্নি নঙগী

মোমোন্তা নোকচবা শক্তম্নি নঙগী
লুক্ক্রা চৎচবা নহাক্কী নতৌনি
কাউঙমদ্রিবসু মসিতননি।

তাখিদ্রি নোংমতসু নুংশি খোঞ্জেল
ঙমখিদ্রি অমুক্তসু মীৎচানবা
অমুক্তনি চৎমিন্নখিবা লম্বীগী চিদাইদা
তম্নখিদ্রি অমুক্তা পূক্লিং ৱাফোঙসু।

ঙাওহনখি থম্মোয়দি নুংশি ৱাহৈনা
নুংশিনা ইবকপা নুংশি শৈবেংদা
লাইবক্নদি তমখিদে মায়কৈ মাঙখি
শবী ৱাশক্লা পূনখি ঐদি।

লোয়নবি ঙসিসু নহাক্কী ৱাহৈদি
ইবি ময়েক লানা থম্মোয় লকাদা
শেংলবা মক্রবা নুংশিবগী শক্তম
লেঙদনা থমজবি থম্মোয়দা লাৎচবি
মসিনা পেনবিয়ু নুজাবু ঙাকপিয়ু।

শক্লেনবম ভানুমতী দেবী

# থম্মোয় মশক খঙদবা

থম্মোয় মশক খঙদবা
কোয়না পাইবা খোইমুগুম্বা
থাজকব্বা ঐতনা লাল্লবনি
থাদোক্লগে থম্মোয় অক্লাদগী।

নাইতোম তাববী ঐগুম্বী তোল্লবী
অচুম্বা পামজবী অচুম্বা চৎচবী
নুংশিবা কৌববু থম্মোযদা লাৎচবী
খঙবিবোই কনানা মীওই মপোক্তা।

কায়না য়াথং পীবিবো
থব্রাযগী মবুংঙো চান্নথোইবা
থম্মোযবু থম্মোয়না খঙবিদ্রবদা
পাম্বৈ লৈজদে নুজা ওইবিদি।

ঐতগীনি খঞ্জকব্বনা নঙবু
ওইনজকব্বা নুংশি নকাদা
থমজখিবনি থাজবা চিংনবা লৈতনা
ঙাকপিযুকো ঐবু মপোকসিমগী।

শরেনবম ভানুমতী দেবী

# পাইখ্রবা লমগী চেক্লা

পাইখ্রবা লমগী চেক্লা
নঙবু কবম কাউসিগে
নঙগী ঐগী পুন্সিদো
মঙলানগী তাইবং ওইবল্লে।

চেক্লা নঙগী চীবোলবু
পোম্বী ঐনা থাজকবে
য়ুমগী পোম্বী ঐহাক্লা
চীংলোন লান্না পাইকুবে।

তাইবং মীনোক ৱাংমা লান্না
চেক্লা নতূং ইঞ্জখিবা
পোম্বী চেক্লা পুন্সিদো
তমথোকপিনু কনাদা।

বিমলচান্দ মংশাতাবা

# ঐগী থম্মোয় লৈকোলনুংদা

ঐগী থম্মোয় লৈকোলনুংদা
লোন্না তূমিন চঙলক্লিবা
কবিবু হূগে লাকপনো
নঙতনি ঐনা ঙাইবিবা।

ঐগী থম্মোয় অতিয়াদা
পামজবা নঙগী শক্তম্না
লেঙদবা ওইনা ঙাল্লবে
ফোঙদোক্লিবা ঝাহৈদুনা
নোংইনগী শক্তম লৌববে
কোযপাই পাইনা শান্নববে।

ঐবু নুংশি হায়বকপদো
খাঙঙমদনা ঙাইঙমদবে
হায়বক্লিবা ঝাহৈদুনা
নাপ্লসিদা নিল্লবে
উজনিংবা শক্তমদুনা
মীৎমাঙসিদা লেপ্লবে।

বিমলচান্দ মংশাতাবা

# পোন্দা ফাজিনবিরবী

পোন্দা ফাজিনবিববী
পোশ্নী পুন্সি ওইববী
যূম্লেপ চাবা তম্লবী
যুমগী মৌনি ঐদি মৌ।

পাইবিবা চেক্লা শঙ্গুলক্তা
তিঙ্গুগে ফংদ্রবী পুন্সিনি
ইহুম পোনবু থাঙল্লোই
কাইহৌবিববনু ঐবু।

নঙনা লোন্না য়েংলক্লগা
থম্মোয় অসি নুংওল্লি
পোন্দা য়োক্লবী চেক্লাবু
ফাগে হায়না থৌবাংবিনু।

বিমলচান্দ মংশাতাবা

# কায়নবা করিনো হায়বদুদি

কায়নবা কবিনো হায়বদুদি
নুংশিনবিঙে ঐনা খঙখিদে
লাপ্লববসিদতা খঙলক্লে
থম্মোয়সিনা নঙবু নুংশিজবা।

শীজিনবিখি ওইদবা নবাল কয়া
নিংঙাইদনা তাম্লোকপিখি ইফমদগী
লঙশিঞ্জখিবা ইবালদুমক্তনা
ননাক্তা লাকপসু ঙমহন্দবে।

নোংমদি লাকখিগদ্রা খল্লম্বা
ব্রাবৌখ্রমাল্লে নঙদি লাকখিদবে
নঙনা অসুম্মক লাকখিদ্রবসিদা
মিপাইবক্লে অসুম কাযনবগদবা।

বিমলচান্দ মংশাতাবা

# চীনবালনা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবদি

চীনবালনা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবদি
নোকমিবা মীনোকসু নোক্লক্লনু
ফোঙদোকপা ঙল্লোইদবা লৈববদি
মীঙোন্দসু পাউথাং চেল্লক্লনু।

থাপ্পা ইন্নবকপদো উজবদা
খুদি থীশিন্না ঙাইজখিবনি
পাউখুম পীজগে খনখিবা ৱাহংদো
হকথেংননা নঙনদি হংলকখিদবে।

খুত্থাং যৈনা পাউহনবসু পামজদে
নুংশিজৈ হায়ববু ইকায়বিববা
ঐসু নঙবু নুংশিজৈ হাযজবগা
থম্মোয়গী নুংনাংবসে কোকচবগে।

বিমলচান্দ মংশাতাবা

# ৱারেদা ইতা ওম্থোক্লা ঐসে

ৱাবেদা ইতা ওম্থোক্লা ঐসে
নখোয়গী পাউমী ওইবদা
ঐনা শেম্বনি ঙাঙনবিবা
নঙগী নাম্লদুদা সুক্তা তাদববা।

নঙনা মফংই উবম্ববা তম্বিবম্মু
মানসু মহায়বককই অমুক্তা কৌথোক্লম্মু
ইকায় খঙদবীসি নখোয়বা ঐবা
লাইমসু হেনমল্লি মঙাও থীমল্লিদা।

নখোযগী নুংশিনবনা ৱাই চিলহল্লে
মবক্তা লৈবী ঐদি কোক শাবে
ঐসু নখোযগুম্বনি খবসু মখল্লু
ইথৌ তৌবা ঙমদবে ঐসে
ঐদি ৱাববনিনা নিজবি
নখোযনিগী থুংনবা।

দা শগোলশেম ইবুংঙোচৌবা সিংহ

# নীংশিংববু মায়থিবা পীঙমদ্রবা ৱাখলসিনা

নীংশিংববু মায়থিবা পীঙমদ্রবা ৱাখলসিনা
খাঙলিবনি মৈচাকসে থনুংদা ফুন্নগা
হিংলিবা পুক্সিনি থেংনবকখিনি শোয়দনা
লাপ্লববা নফমদা অসিমতংনি খঙহন্নিংবা।

থম্মোয়সে ফাজিন্না খাঙলবনি পুক্সিসিদা
কাউববুদি তমস্ত্রবনি থৌদোকশিংদু তুংওইননা
লম্লানবা লম্লানবী অনীগী খোঙচত্তা
নাথৈননা চৎনবদো থৱায়সিনা য়ানিংদ্রবসু।

শোক্লবা থৱায়গী হীকথববা পামেলদা
ৱাখল চেক্লাগী কায়দোংফম খঙদবে
তনৌবী য়েন্নীংনা ওইহল্লে য়েক্লবা
চৈথেংদুনা য়ৈথৎলম্লবা থৱায়নি শোক্লিবা।

দা শগোলশেম ইবুংঙোচৌবা সিংহ

# তনজখ্রে নঙসিমা হৈনখিদ্রে ওঙ্ঘোক্লা

তনজখ্রে নঙসিমা হৈনখিদ্রে ওঙ্ঘোক্লা
খবসু মখল্লু উদববা মীয়ামসে
থাজদবা নত্তেনে য়ৌদ্রিমাল্লে মতমদো
পামদেনে ঐহাকসু কায়নবগী অৱাবা।

নুংশিয়ে তশেংনা নুংশিদবা নত্তেনে
ইকায়জৈ নতৌদো ইশুংলাংগী ওইবসু
অশেংবা নুংশিবা মবা চেৎনা লৈননবা
নুংশিনা লোয়নসি খল্বল চাউবা তল্লিনে।

শাউখিনু নুংঙাইতে ফজদেবু হাযবনি
খোয়বাংবা হেনখিনু তপথখো ফিংখিনু
পম্বুংগী খোঙচৎনি ইবানিনা চৎলিবা
ৱাখলসে হোংঙম্লোই নঙগীদমক লেপ্লিনে।

দা শগোলশেম ইবুংঙোটৌবা সিংহ

# ঙসিনা ঐগী হয়েংনা নঙগী

*"য়োংলবদা ঐচ আই.ভি না কনাগুম্বা'মা, তেংথা-নাওইদুনা কপ্লক্লিবসে মদোম, মাগীনি হয়া য়েংবদা উবক্নবা, চিক্লবা কা মচা অমগী মনুংদগী, নখোয়বু ঙন্নিববা খো. এলসে তাবা "*

ঙসিনা ঐগী হয়েংনা নঙগী
হংচিংনা কনাগী হায়বা তম্বা ঙমদে
ঙম্নমক য়োংশিল্লক্লে ঐসু লোইবে
ঙম্মিদা ঙম্মিদা ঐচ আই ভি এইদস।

থাজকদে ঐদি অদুবু ইশানা য়াজবে
কয়াদি কিবম্মী লমলসু খুম্লিংলুই
ইতোমতা ওইজবে লাইনসু থৌজালবিদ্রে
কপচবে হৌজিক্তি লাক্লবোইদবা হৌখ্রবদা
কনাদবু তাইনকনি শাউকববসু কান্নদ্রে
নুংশিবিযু ঐবু খল্লগনু ঐতগীনি।

ঐগী ব্রাখল মঙলানগুম খল্লক্লে
নীংজবগী মৈবাসু মঙাল শাল্লক্লে
নখোয়গী ব্রাখলনা হাপ্লিযু থৌনা
পীযু ঐগীসু হিংবগী নুংঙাইজবা
হিংখিগে অসুম পীবিয়ু চঙজফম
মীৎকৃপমতংগী পুন্সিনা তুংলমচৎপুসু কল্লমগে
পাউতাক কযানা থেংনকববা ঐগী।

দা শগোলশেম ইবুংঙোচৌবা সিংহ

# লৈশাবী হায়বদো ফারমাল্লে

ঐসে,
লৈশাবী হায়বদো ফাবমাল্লে
ব্রাখলসে চবাং-খোয়বাংইদা
মখোৎ কাবকপগী নোংলৈ নুংশিৎনা
থম্মোয়সিদা তত্তনা য়ৈবক্লে।

মতমগী পাখঙ মচাশিংনা ইন্নবকই
ঈশিং শোকফমদা চৎলে ঙাইবমই
পূল্লপ পূল্লপ ফমজিন্দুনা
উশিন্নদ্রবসু য়েংদুনতা লৈহৌই।

নুংশি ব্রাহৈশিংনি তোয়না হায়বকপা
ইতাবোই ঙম্লমক পাউজেনবী ওইনবে
পাউথাং তম্লকপনসু খনফম খঙদবে
ঐসে কনাগীদা লেপকদৌবিবা।

ডা. শগোলশেম ইবুংঙোচৌবা সিংহ

# হিংবদি হিংনিংই পুন্সিসে

হিংবদি হিংনিংই পুন্সিসে
নোংমতা ওইবসু নঙগীদমক
লাইবক্তা তন্নমদ্রবা নুংশিবসে
মাবৌফম লৈজদে কনাদসু
ঐদি ইথন্তনি ইথন্তা
ইদোম হনখিনি তাইবংদৈ।

খল্লুবা মাখলনা পুন্সিগী নুংঙাইবা
লাইবক্তা তম্লম্বনা পুন্সিগী অমাবা
লাপ্লবসু নঙ-ঐ পুন্সিগী ওইনা
কাউবদি ঙম্লবোই মপোকসিমগী
থম্মোয়দা তাক্লবা নুংশি শক্তম।

লোইবা নাইদ্রবা মতমগী ঈবৈদা
তাউথবিবা ঐগী পুন্সি হিনাউনি
লাইবক্কা য়েক্লববা ঐগী নুংশিবা
চংথ্রো লাক্লনু অমুক ইনাক্তা
নীংশিং মমিতা থম্বিবম্মু পুন্সিদা।

**মাইখোম বিহারি**

# লীথোকফম খঙদ্রবা তমথোকফম লৈত্রবা

লীথোকফম খঙদ্রবা তমথোকফম লৈত্রবা
ঐগী পুন্সিগী অৱাবা ৱারীনি
ফুম্বংনববা খোঙচৎনি ঐগী পুন্সি
মায়কৈ কদোমদনো থাংলিবা খোঙথাং।

মপোকসিদা কবি ইবাল লৈবনা
অসুক কনবা চৈনা পীবিবিবা
সনাবু মৈদা ঈক্লগা চাংয়েংবগুম
চাংয়েংবিবিব্রা লাইবক থীব-পুন্সিবু।

ঙাইবি ঙসিসু শোম্বুব-পূক্লিংনদি
লাকখিনি খন্না য়েন্নীংথা
ঙাইবদা ৱাবে লাঙতক্লবে ইদোম
কপচৈ লোন্না নঙতবু নীংশিংনা।

**ৱাইখোম বিহারি**

# কবিগীনো ওৎলিবা নূপীনা নূপীদা

কবিগীনো ওৎলিবা নূপীনা নূপীদা
হে তমথিববা চৎনবী অউনপোৎ
নঙতা চৎস্ত্রো ঐবু হিংহল্লু
তোল্লবী মপোক্লি খঙবিয়ু।

লায়ববী তোল্লবী মপোক্লা
যূম্বাল পূন্সিদা খোঙদাকপা
অউনপোৎকী লাংদা থুম্লে
থবায় মিবেল হায়চৎনবে
চৈথেং চৈনা পীববে।

লুই লুই যাম্লা লুইকো
ইনেম ফত্তবা যাম্লা লুই
যূম্বাল পুন্সি অবায়বা ওইবমদ্রে
কূপ্পন্নে হেন্নদুম তুবেলগী নৈঙোইদগী
ঈবাক্লবে মপোকসে চৎনবীগী ঈবৈদা।

বাইখোম বিহারি

# তৃম্বা য়াদ্রে নুংশি ব্বাখলনা

তৃম্বা য়াদ্রে নুংশি ব্বাখলনা
মঙলাক্লবে ঐদি তাইবং মালংসিদা
হিংবদি হিংজগে নঙতগী ব্বাখলদা
কাযহনবিনু থম্মোয়সে লৈঙোই লৈপৃংগুম।

তাইবংগী খোঞ্জেল তাদ্রবা
থেঙল অহিং মতমসিদা
শান্নবি ব্বাখলনা মদোম নিংঙাইদনা
চাংজৌ পাববা নুংশি ঈপাক্তা
হৌবকই কল্লবা ঈথক ইপোম।

নীংজবা পস্থুংনা ব্বাংব্রা
থম্মোয চৈনানা হেনব্রা
কঙাওনবে ব্বাখলসে লাম্বা ফংদ্রে
লাক্লোনে নঙবু অহিংসিনা লোইদ্রিদ্রৈঙে
নুংশি ইচীক থেম্বিববো ঐবু।

রাইখোম বিহারি

# য়ারোই হায়রগা করিগী হেল্লিবা

য়াবোই হায়বগা কবিগী হেল্লিবা
ফত্তে খণ্ডলবসু কবিগী উশিংত্রিবা
নত্তেনে ঐখোয়সে নখোয়গী লাইথিবী
ফিদম্নফম্নি ঐখোয়দি মালেম লৈকোলগী।

নীংশিংলুবদা হঙ্গংনা হৌব্রবা থৌদোকশিং
হিংচাবগী খয়াত্তা তাব্রবা থরায়শিং
নুংশি শবাক তম্বিব্রবা নিঙোলশিং
নীংবা কায়হৌববী কযাগী তেংথাখোল
লেপ্লো তাঙমদ্রে ঐখোয়বু হিংহল্লু।

পুবকখি লমদমসিগী নৃপীতনা মিংচৎ
চীন্দদি লাউবি নৃপীদি ইমানি
মীৎতদি উবি ঐখোয়বু শান্নপোৎকুম
ঐখোয়বু শেন্নবিয়ু নখোয়না নুংশিনা
পুবক্কে লমদমসিগী মৃৎনাইদ্রবা মিংচৎ।

বাইখোম বিহারি

# নুংশিবা নঙসে

নুংশিবা নঙসে
ইফদা ফজৈ ইনুংতা নুংশি।
নঙোন্দগী হেন্না ফজবা
নঙোন্দগী হেন্না নুংশিবা
লৈতেনে ঐগীদি কনাসু
হেল্লিনে নঙনা পূম্নমক্তগী।
থম্মোয় হূবা নুংশি হৈবা
নঙগী নুংশি মীৎয়েংদুনা
কনাদসু য়েংলুনুকো
ঐঙোন্দতা য়েংলকউকো।
মীনোক হৈবা মীশুম হৈবা
নঙগী নুংশি মীনোক্তুনা
কনাদসু নোক্লুনুকো
ঐঙোন্দতা নোক্লকউকো।
ইচম-চম্বা নতৌদুদা
ঙাওজবিবী ঐগী পুন্সিনি
ওইজগেনে নঙবু ঐতগী
ওইহনবিয়ু ঐসু নঙতগী।
মীৎকূপ খূদিং খোঙথাং খূদিং
উদুনতা লৈবে নঙবু
মঙলানগুম্লে ঐগী তাইবং
ইচোই চোইবে ঐগী রাখল।

নোংথোম্বম মাঙোলজাউ মীতৈ

# নুংশিববু অদুক হাক্লা

নুংশিববু অদুক হাক্লা
থাজকনুকো ইতা।
মঙাও থীবনি চীবোল হৈবনি
লৈহিতবু মিহৌবা খোইমুগী শাজংনি
মতমসিগী নৃপা ওইবশিংসে।

থম্মোয় মশক খঙনদ্রিবঁ
অচীকপা লৈকোলদা চৎলুগনু।
নুংশিবগী পনখৈ নাইদ্রবা
থাজবা মাঙলবা লমদম্লি।

নুংশি শাবা ব্রাহৈনা
থম্মোয়বু লাঙ্গোই চলহনখিনু।
পোলোইদা কবি ওইহৌগনি
খোঙথাং খূদিং নীংশিংউকো।

নোংথোম্বম মাজোলজাউ মীতৈ

# নিঙোল ওইবী মপোক্লা

নিঙোল ওইবী মপোক্লা
লোন্না চীক্লা থমজবা
ফোঙঙমদবা থম্মোয়গী
অবোনবা ৱাহৈ কয়াবু
ফোঙদোকহল্লে নঙনা ইবায় লায়না
নুংশিদকো নঙসে মোবাইল ফোন।

নুংশিবা মাগী মফমদা
পাম্মুবা মাগী মকাদা
হাযনিংবা খূদিং হায়জবে
অপাম্বা খূদিং ফংজবে
অসুক নুংঙাইবা মতমসে
লাক্কনি হায়বা থাজকদে।

ওম্মোক্লসু লাইবক ফৈদকো
মতমসিগী লৈশা-পাখঙ
অদুবুনে ইতাবোইশিং
নূপী অঙাং লৈবনা
পাখঙ শাবা য়াম্বনি
খোঙথাং খূদিং কাউগনুকো।

নোংথোম্বম মাঙোলজাউ মীতৈ

# নঙনি নঙনি নুংশিবা নঙতনি

নঙনি নঙনি নুংশিবা নঙতনি
নিঙোলনা লাইনিং ওইবিবসে।
ঐগী অৱাবা ঐগী নুংঙাইবা
ওইনজবগে নুংশি নকাদা
লাক্লোনে নঙবু নুংশি থোইবা
নিঙোলগী থৱায় ওইবিবা।

অঙৌবা মচু অশেঙবা মচু
কুন্দো লৈবাং লৈপুল লৈবাং
উবগা থম্মোযসে লাঙতক্লবে
লৈবাং খোইমুগী কুম্মৈসে
য়েংমিন্নবসি লাক্লো ইনাক্তা।

অশেংবা থম্মোয় ৱাত্তবা মায়থোঙ
মোমোন মীনোক নুংশি মীৎয়েং
য়েংলগা পূক্লিংসে তপথজগে
কৈদা লৈবগে নহাকপু
খোঙদোইবক্লোনে নঙবু লোইয়ুম্বা।

**নোংথোম্বাম মাজোলজাউ মীতৈ**

# ইপাম লমদম থাদোক্কুনা

ইপাম লমদম থাদোক্কুনা
চৎলবনি ঐদি পুক্নিগী ওইনা
নঙগী নীংবা কায়দনবা
নঙগী থম্মোয় পেঞ্জনবা।

ইকায় ইকি ব্রাংমা লান্না
নিজখি কয়াবক নুংশি নৈপুল।
ইখুৎনা লেংজবা কুন্দো পবেংদো
হূকপিখিদে নঙনা নিঙোলগী ঙকশমদা।

ঐগী থম্মোয় নীংবা কায়খি
পম্ভৌগী নীংজবা মখৈ ফংখি
অবোইবা ব্রাহৈনা নঙবু থেমজখি
খঙবিখিদে নঙনা নিঙোলগী অব্রাবা।

নোংথোম্বম মাঙ্গোলজাও মীতৈ

# পুবিরে ঐবু নঙগী শঙ্গায়দা

পুবিবে ঐবু নঙগী শঙ্গায়দা
নুংশি মীৎয়েংগা লোয়ননা ঐবু
ঐনসু খঞ্জে নুংশিবসে নঙতনি
মপোকসি নত্তনা মপোক খূদিংগী।

ইনাক্তগী লাপ্পা লৈখিবা নঙনা
কবম্বা নঙগী মীৎয়েংনো নুংশিবা
নঙতগী বাখল নঙতগী মঙলান
কপ্পা লেল্লিবী পুক্লিনি ঙসি
লাক্লো নঙবু ইনাক্তা নুংশিবা।

নীংশিংলি ঙসি কাউথোকপা ঙমদনা
নঙ-ঐগী লৈপুলগী অহিংদো
নুংশিনা কৌবিখি নুংশিনা চীবোলখি
কৌবিববো ঐবু নুংশিনা ঙসিসু
লাক্লো ইনাক্তা নুংশিবা নঙবু।

রাজেশ লৈশাংথেম

# নীংজবনি নঙতবু ঐগীনি খন্দুনা

নীংজবনি নঙতবু ঐগীনি খন্দুনা
কনা অমগীসু ওইহল্লোই খন্না
নঙতনা লাইনিং ওইজবনি থস্মোয়না
নুংশি হায়বকখিবা কয়াবুসু থৌওইদনা।

লৌনম লাংথাক্লা ফাজিনখি থস্মোযবু
ব্রাশক পবৈ কয়ানা লাঙ্গোই চলহনখি
ঙাওবি নঙনদি অতোপ্পা কনাদা
মদুনা কবম্বা নঙগী শক্লোন্নো।

থস্মোয়দুদি খঙদা পীকবে থস্মোয়
মৈশা লাংহৌদ্রা চিংনজৈ পুস্সিসে
ঙসিনা অমা হয়েংনা অমা
লৌনম হৈদকো নৃপা ওইবা নখোয়সে।

বাজেশ লৈশাংথেম

# নীংবা থুংদ্রবা পুন্সিনা ঙসি

নীংবা থুংদ্রবা পুন্সিনা ঙসি
পিবাংসু লোৎশিন তেংথাসু তাহন্দা
কনাগুম্বা অমদা ওইনখি পুন্সি
ফংলবোই অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিবা।

থুংশম্লনা পুবক্সি নুংশিবা নঙনা
ইঙ্গখি নতৃং পাঙ্গল শোনবীনা
লৈজবা পৃম্বসু কখোকখি ঐনা
নঙতনা লোইবে নুংশিবা ঐগী।

মীনশ্বীবে পুন্সিবু হন্না হন্না
কৈদনো পোত্থাফম থম্মোয় ঐগী
মপোক থীদকো পোকঙমদ মপোকসে
খাঙখিগে চৈনা লাইবক্সিনি খন্না।

রাজেশ লৈশাংথেম

# নুংশি নঙগী নুংশি শক্তমসে

নুংশি নঙগী নুংশি শক্তমসে
য়েংবগী পেনবা নাইদে ইথীংসিনা
লোত্তুনা থন্নম্বা থম্মোয়দা নুংশিবা
থম্মোয়সে পেন্না ফোঙনিংলে ঙসিদি।

য়েংলু য়েংলু নঙগী শক্তম্নি
কয়াদা ঙাওবিবা তথকপী থম্মোয়সে
চৎলিবা ঐনা থাংলিবা খোঙথাং
য়াওবি নঙসু লোয়ননা চৎলি
মসিনা কবম্বা নুংশিগী খূদোললনো।

তূমিন তূমিন নোক্লে অঙাওবীগুম
চঙলমাল্লে থম্মোয়দা নুংশিগী তীল
অঙাওবীনি হায়বন্নিনি অউবা কয়ানা
ঙাওববীনি ঐদি নুংশিবদা ঙাওববী
মসিসু নুংশিগী খূদোল্লনে নুংশিবা।

রাজেশ লৈশাংথেম

# পাম্মুবা হায়না কৌরগে নুংশিনা

পাম্মুবা হায়না কৌবগে নুংশিনা
নুংশি মীৎয়েংনা য়েংবিবো নুংশিনা
থব্রায়দগী হেন্না নুংশিনা থমজগে
অমকপা য়াওদা থম্মোয়নুংদা পুক্নিগী।

নঙতগী নুংশি মীৎযেং মকুমদা
হাইন-হুম্না লৈশাৎ তমজগে
নোংলৈ-নুংশিৎ কয়া কয়া
মায়বোং যানা খাঙজগে নুংশিবা।

নঙতবু ঙাইজবি নুংশিনা কৌবিববো
নীংবা থুংলে খঞ্জগে পুক্সিনা
ব্রাখল পূম্বা নফমদা থমদুনা
নুংঙাই মঙলান কয়া মঙজগে।

**বাজেশ লৈশাংথেম**

# নিঙোল থম্মোয় খোয়রাংহনবা

নিঙোল থম্মোয় খোয়বাংহনবা
সনা মচুগী সনাবৈ
মেবা থাগী নুংওনলৈও
নঙবু ফুগায়না শাৎলোনে।

হিয়াঙ্গৈ থানা লাকপদা
নিঙোল চাক্কৌবা চৎপদা
নঙবু নাপ্পদা চিঞ্জগে
নিঙোলগী লৈতেং ওইবিয়ু
ইপাম লমদম পাংজবদা
লেন্না লেন্না চৎচগেনে।

দীপানিতানা লাকপকান
নিঙোল ইখূৎনা হেক্কুনা
তাইবং মপুদা কৎলগে
লৈবাং পবেংসু লেংদুনা
মফম চানবু থেৎলগে
য়ূমগী লৈতেংবু ওইবগে।

**কৈশাম প্রিয়োকুমার**

# নুজা ওইবী ঐনা ইকায়দুনা কৌদ্রবসু

নুজা ওইবী ঐনা ইকায়দুনা কৌদ্রবসু
কৌবকউদনা নঙদি, নোংমতংদি হবাওনা
নূপা ওইবা নতৌদো, ফোঙদোকউনে চান্নবা
নুংশি ঈখৌ লাংলে, নরা-নপাউ তানিংবনা।

থম্মোয় লকা ঈহৌবে নুংশি নঙগী রাখলদা
নুংশি ঈবীক থীকপিবো নুংশি হায়বা রাহৈনা
খৌবোম থন্না থকচবগে নুংশিগী শিদয়াই
নুজা থম্মোয়গী ঈখৌ লাংবসে কোকচবগে।

থম্মোয় নৈয়োন্না কংদ্রিঙৈ নুংশি হায়বিবোনে
ঙাইঙমদবে নুজাদি রানা-চাক্লা খাঙলেনে
নঙগী রাখল মঙলান্দা অহিং-নুংথিল খঙদবে
নোঙ্গৌবী চেক্লানা নোংবু রানা ঙাইবগুম্রে।

কৈশাম প্রিয়োকুমার

# পামম্রবসু কাম্নবা হায়বদো

পামদ্রবসু কায়নবা হায়বদো
ফংহৌবে লাইবক্তা তন্নম্বনা
পান্নবসু নুংশিগী পম্বুংদো
তন্নমদবে মপোক অসিদদি।

থম্মোয়দো মশক খঙলুদবনা
নুংশিকই ঐনা মাবু তশেংনা
থাজকই নৌনমলাংগী রাহৈশিং
চৈনাসে ফংগনি খল্লুদনা।

খঞ্জকবা রাখলসু কায়হৌবে
মঙলান ওইহৌবে ঐগী নুংশিবা
নৌহৌনা অমুক ময়োল চোংলবোই
য়েন্নীংথা কয়ানা লাক্লবসু।

কৈশাম প্রিয়োকুমার

# থেংনদুনতা লাক্লবা চৈনাসে

থেংনদুনতা লাক্লবা চৈনাসে
কবম্না অমুক পামদে হায়কখিনি
ৱাদুনতা লেল্লক্লবা পুন্সিসে
কবিগী অমুক ৱাবা কিকখিনি।

কবম্বা খেন্নবা লৈবগে হাযমু
নোংলিক্কা ঈশিংগগী মবক্তবু
ৱাব' থম্মোয়দা অৱাবা হাপ্লদি
পুন্সিসে ময়েক হেন্না শেংননবনি।

হে নোংদম্বও, নঙবু তম্লখোনে
চৈনা কয়াদো মপোক অসিমগী
পীবখো চৈথেং পেন্নবা নঙগী
মদু নত্তবা নঙনা পাম্লিবদো।

কৈশাম প্রিয়োকুমার

# নঙগী নাপলগী ময়াইদো

নঙগী নাপলগী ময়াইদো
কবিগী উৎলি ইমাঙদা
ঙাক্লববা নঙগী ব্রাশক
হাযখিবা ব্রাবু কাউবববা?

ইকায় খঙদবা শাদুনা
লোন্না কবিগী মিতাবি
ঐসু খঙলোই নীংববনে
থম্মোয় পাল্লি কাউগনুকো
মীনা শিবনা চীন্দনি।

হংনিংবা ব্রাহং কযাসে
নফমদা হংনিংবা লৈবসু
লোম্থোক্তা অমগুম শাদুনা
তূমিন খাঙদুনা লৈবকপনি
নঙগা মান্নবা পামদবনা।

কৈশাম প্রিয়োকুমার

# লৈরাংবিনবা লৈত্রবা লৈকোলদা

লৈবাংবিনবা লৈত্রবা লৈকোলদা
গুলাব মদোম লৈশাং তম্নুবগী
কবি কান্নবি, কবি কান্নবি।

লমহেনবা মালংবা নঙনা
পূক্লিংগী ৱাসু হংবিদা
লৈবাং লৈনম্নু হূগে খন্না
অচেংবা তাঞ্জা কবিগী ঙাইবি।

লৈহিতবু মিহৌবা খ্বাঙজেংবা খোইমু
লমদনবিবকথিনু নুংশি থোঙ্গাল হাংজদ্রি
থম্মোয় য়েন্নীংথা লাক্লবদা
গুলাব তৃমিন লোংপসু য়াবোই।

রামেশ্বর শাক্লংবম

# নীংজবা উপালনা তেকপ্পবদা

নীংজবা উপালনা তেকপ্পবদা
মাঙখ্রে ঐগী নুংশি শক্তমসু
নাথেখ্রে ঐগী নুংশিবা
পাইখ্রবদা থম্মোয় চেক্লানা
তোংলবোই নুংশি ফৈবাদা।

মোলাং খাদা লোৎচবা
নুংশি নঙগী নাচোন্নৈ
ৱাখলনুংদা থমজখিবা
নুংশি শক্তম্মু শক্লা
পম্বুংগী মৈবানা মূৎলফাও
লৈবাং লৈনমদি কোক্তবে।

সনাগী লীকফাং নীংথিবা
কুন্দোগী পবেং অঙৌবা
নুংশি লৈপুলদো ঐহাক্কী
হূকচবা ঙমদে নুংশি ঙকশমদা
লায়বশিংদা চক্লবী
মপোক থীববী নিঙোলনা।

রামেশ্বর শারুংবম

# ৱাখল নঙনা করিগী লমজিংবিদ্রিবা

ৱাখল নঙনা কবিগী লমজিংবিদ্রিবা
নুংশি মাগী মনাক য়ৌনা
লৈচিল নঙনা কবিগী লোৎশিল্লিবা
নুংশি মাগী শক্তম্বু তত্তনা
উহল্লবো শক্তমদো খোয়বাংলে
নুংশি শক্তম উনিংবনা।

থম্মোয় ঈথক হৌনা হুন্নক্লিবা
লমজাউ খোনবা মালংবা নঙনা
পুবক্লিবা কবিগীনো নুংশি মপাউ
খঙদববা ঐগী অৱাবসে
লাঙতক্লবে থম্মোয় অসে
নুংশি মপাউ তানিংবনা।

থাজ নঙনা কবিগী লক্লবিবা
ঐগী ৱাববা মায়থোঙবু উবগা
থম্মোয পেন্না কপচবদা
মীৎলু পিবাং শীন্থা
তৈথোকহন্নিংলে মীৎলু পিবাংসে
নুংশিবা মানা ইমাঙদা লেপ্পুনা।

রামেশ্বর শারুংবম

# নোংলক্তা শাংপা লৈরাংগী অৱাবা

নোংলক্তা শাংপা লৈবাংগী অৱাবা
নোংজু নঙবু খঙদববা
চংখবো নোংলৈ নঙসু
পাম্মুবা লাকপা ঙাইখিগে।

অৱাবনা ইশকক ওইবিবী
লৈবাংগী মপোক্লি ঐদি
কবিগী লক্লবি থম্মোয়দুনা
নুংশি শক্তম লোত্তুনা।

নুংশিবনা ৱাহল্লবা পুন্সিসে
ইনীং তম্লা হিংবসু ফংদবে
কপ্পুনা লেঞ্জবা পুন্সিসিনা
মীনোক অমতং খূদোলজখিগে।

রামেশ্বর শারুংবম

# মীৎকূপ খুদিংগী খন্দুনতা লৈরে

মীৎকূপ খুদিংগী খন্দুনতা লৈবে
নুংশি নওগী ৱাখলদা ঐদি
নওবু ঙাইন-ঙাইনা অসুম
হৌখিবা খঙহৌদে পূংজাসু।

থাবল ফববা অহিং কয়াদা
নওগী ৱাখলদা তূমদনা মঙলাক্লবে
নওনা মঙলান্দা তত্তনা লাক্লগা
লেপ্পদবে তাইবংসিদদি ঐগীদমক।

থেমজিনবা ঙমদ্রবা ঐগী থম্মোয়না
লেংজবি ৱাখলগী কুন্দো পবেং
মঙফাওনহল্লো মঙজবিবা মঙলানসে
ঙাইজবিনে নওবু থৱায়গী মবুংঙো।

রামেশ্বর শারুংবম

# লীবিরনু ৱারী তম্বিরনু মপাউ

লীবিবনু ৱাবী তম্বিবনু মপাউ
লৌনম্বা মাগী ওইদবা চীবোল
মাগা ঐগা মবী লৈনখিদ্রে
লম্লানবা ওইখ্রে নকশিনবা পামদ্রে।

ওইজবা থিবা মাগীতা খনবা
মীগী অৱাবা মশক খঙদবা
মাগী থম্মোয়দো তল্লি পামজদ্রে
পেম্বোকপা তম্নগে ঐগী পুক্নিসে।

নক্লবিওঁ পুক্নি থম্মোয় অনী
কংখি লৈজবা মাগী মফমদা
মীনুংশি খঙদ্রবা থম্মোয়দুনা
পাউথোক ৱাহৈনা ইবাল পীবম্বতনি।

হোমেন্দ্রো ইরেংবম

# পলেম-পম্বৌনবু শাউদনবা

পলেম-পম্বৌনবু শাউদনবা
থেল্লম্মু ইতা নুংশিবী
অপাম-নুংশি পম্বুংনি
কায়নবা নত্তে হায়বম্মু।

নিঙোল মপোক তোল্লবীনি
পম্বৌ কোন্দা চাউবসু
শৈদাংঙু তল্লম্মী মপোকসে
নুংশি কনাগী মকাদা।

শীঙেলনা লৈশাং তল্লগা
নাপ্পগী নাচোম ওইদনা
লৈমায়দা চোইনা কেনবদো
পলেম্মা মোমোন নোকওল্লোই।

হোমেন্দ্রো ইরেংবম

# নীংলরোই খল্লি ঐনা

নীংলবোই খল্লি ঐনা
কাউবগে খল্লি পুন্সিনা
কাউগে ঙমদে থম্মোয়না
নুংশি নঙগী মৈচাকসে।

রাববা ঐগী থম্মোয়সে
পোত্থাগে খল্লি মীৎকৃপ অমা
নুংশিবা নঙগী শক্তম্না
লেপ্লবে ঐগী ইনাকসিদা।

হৌখ্রবা পুন্সি রাবীসু
নৌহৌনা তম্লম্মী মঙলান্দা
অসিবা নুংশিক্লবগী মহৈ
ঐগী থম্মোয় রাহল্লিবা।

হোমেন্দ্রো ইরেংবম

# শকহেনবা অমা খঙনক্করে

শকহেনবা অমা খঙনকবে
মাগী শুমহৎয়াই ঋাঙাঙদা
খোয়বাংই থম্মোয় ঙসি
হায়ফম খঙদে তম্ফম খঙদে ঐ।

ইকায়বপ তৌবা মায়খোঙনা
ঐবু লোম্না য়েংলগা
নুংশি-নুংশিবা ঋাহৈনা
চীবোল তৌবম্বা ঐগী নাপ্পদা
নুংশিবা নঙবু কাউঙম্লোই।

মথং অমুক উনবদা
থম্মোয়দা ফাওবিবা নুংশিবা
লীগে তমগে মফমদা
ঐগী পৃক্লিংগী অপাম্বা
ইকায়-ইকি ঋাংমা লান।

হোমেন্দ্রো ইরেংবম

# নুংশিবনা ইনাক্তা ফমদুনা

নুংশিবনা ইনাক্তা ফমদুনা
নুংশি চীবোল তৌববদা
খাণ্ডফম খণ্ডদে ঐদি
ঐগী থম্মোয় তনিক-তনিকই।

ঈনখৎলকপা পুক্সি তাংকক্তা
লৈহীনা থল্লবা ঐগী হকচাংসে
নুংশি খুদোল তম্লুবগা
কবি ওইনি ঐগী পুক্সি।

কায়নবসু ঐদি ঙমজবোই
নুংশি মৈচাক খাণ্ডবসু কিজেনে
খল্লু-খল্লুবগা লম্মুক্লবে ঐদি
লম্মাঙনবে ঐগী ব্রাখল।

হোমেন্দ্রো ইবেংবম

# নুমিৎ খূদিং নুমিদাংৱাইদা

নুমিৎ খূদিং নুমিদাংৱাইদা
কোবৌ মঙাল চায়থবকপদা
নদোম তূমিন লোন্না লেপ্পুনা
কনাবুনো নঙনা ঙাইবিবা।

য়েংদশিন্না যেংদবা ঙমদ্রে
নিঙোল ওইবী পূক্রিং ওল্লক্লে
মীগী ৱাবা খঙদবী হাযনা
পাউথোকপিবনি ঐগী পুন্সি।

পাঙদবী ওইনা লৈনিংদবে
মবম অমদি হংনিংলক্লে
পম্মৌ খবায় থোঙ্গাল ৱাংমদা
পূক্রিং খোইমু পাইবকপদা।

লোংজম তোম্বী সিংহ

# ঐনা চেক্লাগুম শাখপ তোয়রম্লবা

ঐনা চেক্লাগুম শাখপ তোয়বম্লবা
পাইবমগনি ননাক্তা তোয়না
ফংলমগনি উবা নঙগী শক্তম
পাঙ্গল শোল্লবী নিঙোল ওইবীনা।

মতমগী খোঙচৎসু ঙাইবমদা চৎখি
নঙসু নোংমতা হংলদে ইপাউ
নীংশিংবা থম্মোয়নদি নঙবু শোন্দুনা
লৈতাফম খঙদনা লেল্লি মপোকসে।

নুংশিগী অহানবা মন্দ প্লোয নঙবু
কবম্না কাউগনি লমজিংবিবম্বা
খোঙ্গুল লীবসু মীনোক কিবনা
কায়না মৈশা খাঙলিবী নিঙোলনি।

লোংজম তোম্বী সিংহ

# লম্লানবীনি খনবিরনু

লম্লানবীনি খনবিবনু
নুজা পৃক্লিং লেপচবগে
পায়মনুংগী ৱাহৈনা
নুংশি পাউখোং ফোঙলগে।

ঐগী পৃক্লিং হোংলবোই
নীংশিং ৱাবী তম্লবো
নাপ্পা চীক্লা তাবগে
নুংশি পাউজেল পীজগে।

নুমিদাংৱাইগী মতমদা
খৃৎতা সনাবুল পাযদুনা
খুলগী ঈকোন মপান্দা
নুংশি নঙবু ঙাইবমগে
পাখঙ শক্তম উৎলবো।

লোংজম তোম্বী সিংহ

# তম্বিয়ু খোইনৌ ইতা চান্নবী

তম্বিয়ু খোইনৌ ইতা চান্নবী
পোইবৈ তাম্না লৈপ্ত্রবা মঙোন্দা
কল্লবা পুন্সিগী নোংলৈনা হুম্বদা
লম্নানবা মকাদা চৎখবে হায়না।

ঙবাং মঙলান্দা ইনাক্তা লাক্লম্মী
মায়থোঙ অৱাবা শকফমদা উবম্মী
কবি অৱাবা থোক্লিগবা মাবু
খঞ্জবতা মঙাইবে তাম্নখিবনা।

পাম্বৈ লৈত্রবী পাঙ্গাল শোনবীনি
ৱাবৌবা কযা থেম্বিয়ু ইতা
পলেম-পম্হৌগী অকনবা য়াৱানা
মাবু ঙাইবা ঙম্লমদ্রে হায়বিয়ু।

লোংজম তোম্বী সিংহ

# শাংলম্মী ঐসু লৈরাং ওইনা

শাংলম্মী ঐসু লৈবাং ওইনা
পম্বৌগী লৈকোলদা ইনীং তম্না
পাইবক্লম্মী পূক্লিং খোইমু
নিঙোল ওইবিগী খবায় খোঙ্গালদা।

খোইখোইবা লুতুংগী শম্লাংলক্তা
থেৎপিখি শজিবুগী লৈহাউ লৈবেন
কৈবোইগী ইবুং লৈকায়গী ইতা
ঙসিদি ঙম্না থাদোক্লম্লে।

নোংমদি পম্বৌগী অথেলপূং ময়াইদা
তবেৎলক কোয়বগা লৈপুলবু শেমখি
দোলাইদা থিনখিনে ইশাবী নাক্তা
অসুম্না লোইখিনে নিঙোল পুন্সি।

লোংজম তোম্বী সিংহ

# খঙনা খঙনা খঙশিন্নদনা

খঙনা খঙনা খঙশিন্নদনা
উনা উনা উশিন্নদনা
শুমহৎ মীৎয়েংনা য়েংবদি
কবি পাউখোংনো চল্লিবদি।

চৎনবোল ব্রাংমা লান্দবিদা
কবিবু হাযসিগে নঙোন্দা
ইকায় খঙদে হায়বিগদবা
মমল য়াওদে খনবিগদবা
নুজাগী পাযমনা খোয়দাজৈ।

নাপ্পা চীক্লা তমজগে
শেংলবা থম্মোয়গী য়াব্রাসে
ঙাইবি ঐনা কনানো অমা
পুন্সি লম্বী চৎমিন্ননবা
নুজাগী পায়মনা খোয়দাজৈ।

মোইবাংথেম মণিহাব

# থম্মোয় কনবা নঙগী শাজৎনা

থম্মোয় কনবা নঙগী শাজৎনা
পীবিবে মৈচাক নৌজবিবীদা
নোংমৈ শীংজং তাবগুম থোক্লে
থম্মোয়সে অখাক-অবাউনা নিল্লে।

শাহিংবু পামজবা নঙগী খূজিন্না
ফক্কাইবো হকচাংসে লৌফম খঙদনা
খূজোক থন্না ঈখেং থক্লো
মযাই কানা জগোয় শাবো।

শা-ওল্লবা নঙগী খোঙ্গুলদি
মূখৎপা ঙল্লোই কৈদৌনুং নশানদি
শাবম থিদুনা নোংমা লাক্কনি
নবালগী চৈবাক মতমদুদা ফংগনি।

মোইবাংথেম মণিহাব

# তূম্বা য়াদনা অহিংদি হৌখরে

তূম্বা য়াদনা অহিংদি হৌখবে
মৈবী থোক্তনা মৈচাক্তি লৈহৌবে
ইকায়বা খণ্ডদ্রে খম্বল চাউবী ঐদি
ওইজনিংলুবি নুংশি মাবু ঐগী।

ঐগী থম্মোয়দগী লাপথোকহন্নিংদে
লম্লানবী কনাদা মীৎয়েং চোইহন্নিংদে
খূদুম চনখবে মানা ঐগী থম্মোয়
মহাক য়াওদনা ঙমদবে হিংবা।

থব্রায় থাববসু মাগী পেন্নবনি
অব্রাবা খাঙবদা শীঙ্খুবোই পিবাংদি
শেংলবা থম্মোয়গী নুংশি ঈচেলসে
মাগী পুক্নিগী ঈপাক্তা তিঞ্জগে।

মোইবাংথেম মণিহার

# ৱাকচিংগী থানিল থাজসে

ৱাকচিংগী থানিল থাজসে
ঙসিদি থোইনবু ফজবে
ঐগী পূক্লিং খঙবা মাল্লি
খোইকম মোমোনবু নোক্লি।

থাজ নঙদি উহৌবনি
ঐখোয় অনীবু খঙবিবনি
ঐগী পূকচেলনি হোংলবোইদবা
তম্বিযু পাম্মু মঙোন্দা।

থাজবনা শঙথ্রবা মচুনি
শেংনা লাৎচবা শক্তম্লি
লৈজবা লোইনা লাম্থোকখ্রবনি
থম্মোয়সে কনাগী ওইদ্রবনি।

মোইরাংথেম মণিহার

# হো ইমা ঐগী ইমা নুংশিবী

হো ইমা ঐগী ইমা নুংশিবী
অশাউ খাম্বী মায়থোঙ উত্তবী
থোংন-নৌবা ঝাহৈনা লৈতেংবী
ঙসিদি উদবে ইমা নঙসে।

ইমা নঙদি পুন্সিবু উবিনি
মীৎয়েং শান্না য়েংবা ঙম্বীনি
ঙবাং ঙসি হয়েং খঙবীনি
নচাগী থম্মোয়না কবম্না কাউগনি
খল্লুবগা পূক্লিং নুংশিবক্লে।

নোংমা খোম্লেন মঙলান্দা লাক্লম্মী
পূকমেন-ঝাবী শীংবুল লীবম্মী
ঝাবক-ঝাতেম তৌবম্মী নচাবু
পেন্না য়েংজখি পলেমগী শক্তম্বু
মীৎকপ থোবকপদা কপ্লম্মী ঐসে।

মোইরাংথেম মণিহার

# মহৌশাগী ইনীংতম্বা কয়াসু মাঙহনখ্রে

মহৌশাগী ইনীংতম্বা কয়াসু মাঙহনখ্রে
কদায়দা চৎখ্রে ঐগী ইনীংতম্বা
ওৎপিবি হকচাংগী কয়াৎ খৃদিং
মিহৌবককই, থেংনদ্রিংঙৈ মতম নঙগা।

পলেম-পম্বৌগী পাউখোল তুংইন
নোংমগী শিন্থা মাঙওইননা থম
ইনীংতম্মা লৈজবম্বী ঐগী পুন্সি
কবি ওইবে ঙসিদি ঐহাক।

থম্মোযনা থম্মোয়বু মশক খঙবিদা
থাজগনবী থম্মোয ব্রাজসনু মথন্তা
পুন্সিসিসু লৈতানা হিংবা ঙমদ্রে
ইনীংতমজবম্বা খৃদিং ঙম্নমক মাঙহনবিখ্রে।

বিমোল চোংথাম

# ঐগীসু য়েন্নীংথা হায়বদু লাক্লমাল্লে

ঐগীসু য়েন্নীংথা হায়বদু লাক্লমাল্লে
পূক্লিংসে মওল-মওল খল্লক্লে
হঙ্গাম মপালনা ঈথক হৌবকপদা
নুংশি মপাউ য়েল্লক্লে ঐগীসু।

হৈনৌ মপালনা লৈনম য়েল্লক্লে
লমহেনবা খোইমুশিংনা লৈবাং লৈকাদা
চীবোল তৌবা হৌবক্লে লোন্না
তূমিন্না লৈয়ু য়াবক্ত্রে থম্মোয়সে।

লিবী-লিবী শীৎপা মালংদা
নুংশি পাউজেল কয়া থাজনিংই
অব্বা-নুংঙাইগী ব্বাবী শীংবুলদা
শিথ-শিথ নোকমিন্ননিংই ফম্মিন্নদুনা।

বিমোল চোংথাম

# নুংশিবদি লোইবা নাইররোই

নুংশিবদি লোইবা নাইববোই
খল্লিবসিসু থুংবা ঙল্লবোই
হিংননবগী পান্দম থম্বিদে নঙনা
কবম্না পেনগনি ঐগী থম্মোয়না।

থেম্বিবম্মী থম্মোয়বু মতম খবগী
পীবম্রে পিবাংদি পুন্সি চূপ্পগী
খল্লি ব্রাখল অচীকপদা ফমদুনা
পাউখুম ফংদ্রবা ব্রাহং কয়াগী।

চংলি নঙগী ব্রাখলনা পুবা মায়কৈদা
চোকথবা লৈতে নঙগী নুংশিবদা
ঙল্লোই ঐদি হিংবা ঙল্লোই
নঙ য়াওদ্রবা পুন্সিদি লৈকংলানি।

তাঙহল্লো ইমীৎসে পুন্সি চূপ্পগী
উনিংদ্রে তাইবংগী অব্রা-নুংঙাই
হিংলি পুন্সি নীংবা থুংদনা
কবম লেল্লি হংলম্মু নোংমতং।

বিমোল চোংথাম

# পূন্নাং-লাঙলেনে ঐগী ঝাখল

পূন্নাং-লাঙলেনে ঐগী ঝাখল
পূমঙাও-ঙাওহনবিবে ঐগী কোকসে
কায়বেহে থম্মোয় ঙাওইহে থম্মোয়
পূমশুম-শুমহৎস্রে নঙনা ঐবু।

কবি মীৎয়েংনো মাগীদুবো হা . .
কবি ঝাঙাঙনো মাগীদুবো হা
নুংশিবা অমা লোন্না ফাওবক্রে
খঙদে কবিনোমা তৌবে ইতা।

পাখঙ নঙদি য়াম্না ফজৈ
চাম্ম-চাম্মা ঙাওগনি নঙোন্দা
চাম্ম-চাম্মা তুগনি নঙোন্দা
নমীৎ থকচনুহে থম্মোয় হূবানবা।

বিমোল চোংথাম

# তোবর্বানিসিদা ফমদুনা ঐনা

তোবর্বানিসিদা ফমদুনা ঐনা
কয়াম কুইনা নঙবু ঙাইহিবি
নঙগী লম্বী যেংনা য়েংনা
চোকথববা মীৎম্লানা নঙবু ঙাইহিবি।

কাউগে খল্লবসু কাউবা ঙমদবে
ঐগী তেল্লবা মীৎকৃপসিদা নঙবু
অমুক্তংদি উনিংই হো লম্লানবা
তূম্বা চাবা খঙদবে, উনিংবনা নঙবু।

ঈচেল অমগী তোবর্বান অনীদুনি
নকশিন্নবা য়াদনা লৈনখ্রগদবা মবী
নহাক য়াওদ্রবা ঐগী পুম্নিসে
অহাঙবা অতিয়াগুম্বনি ইফমদদি।

বিমোল চোংথাম

# ঙসিদি খুন্নগে খল্লে ঐসে

ঙসিদি খুন্নগে খল্লে ঐসে
লাকপু লাক্লদি হংবু হংলবদি।

ঙবাংসু খুমহৌদে ইকায়বনা হানখি
হঞ্জিন হঞ্জিন তত্তনা হংলিবা
লোম্থোক্তবা ৱাহংগী পাউখুম
ঙসিদি খুন্নগে খল্লে ঐসে।

ৱাজবা ঐনি খঙভুকো নঙগীদমক
চাকচবা ঐনি চাকহল্লিবা মায়খোঙনা
পামজবা ঐনি থাজৌকো নহাক
নুংশিজবা ঐনি পুশিনবিয়ু ননাক্তা।

মায়খোঙদো য়েংনিংই পেন্না
ঙমজদে য়েংজবা লোন্না নত্তনা
নুংশিবা খোঞ্জেলদো তানিংই
কাঙথোবক্তে কবিগী চীনবাল।

জে এস কোশম

# খোয়দাবা কনানা মাঙদা লেপ্পরবদা

খোয়দাবা কনানা মাঙদা লেপ্পববদা

লৈবাংনা থল্লবা নীংথিবা লৈকোল
য়ৌবক্লে নুংশিবা লৈনম পুদুনা
খোইমু শাখপ তোয়না পাইববি
লৈবাং লৈকা য়েংনা ঙংলবি।

লাউ ঙাল্লবো লাউ নুংশিববা থাবল
নঙগী নঙালনা থকহল্লু মালেমসে
লাউ হুন্নবো লাউ লিবিবা মালংবা
নহুম্না শুমহৎহল্লু নুজাই পূক্লিংবু।

নুংশি পম্বুং ফংঙমদনা ঙাইবিবী
কবম্না যৌসিগে খন্দুনা শাৎচবিবী
লৈবাং ঐদি শাৎলগে ঙসিদি
লৈকা ফন্না লৈশাৎ পান্না।

জে.এস কোলম

# তম্বিক ব্রাহেসে নঙগী নুংশিবদা

তম্বিক ব্রাহেসে নঙগী নুংশিবদা
লাঙ্গদবী ঐনি নঙগী নুংশিবদা
নকাদা য়েৎচদে মতৌদা ঙাওজবিনি।

খোঞ্জেল তাজৈ অমুবা খোইমুগী
য়েংজবতনি কৌশিঞ্জদে কৈদৌঙৈদা
নকাদা য়েৎচদে মতৌদা ঙাওজবিনি।

থুংনবা লৈবোই কায়নবা ফংলোই
ঙাওববী ঐনি ঙাওজবিনি ঐদি
মাবু য়েংজবগা ঙাওজবিনি ঙাওজবী।

অব্রাংবা পামেল লৈবাংও
লৈবাং লৈকা শোকচদে
লৈনম লৈশাৎ য়েংনা শাৎলুকো
লৈনম্মা হেনখিনি লৈশাৎনা ব্রাৎহৌনি।

জে এস. কোজম

# তাখিদবদি নত্তেকো নগুগী নুংশিবা

তাখিদবদি নত্তেকো নগুগী নুংশিবা
কখোকপ্লবী নিঙোল ঐগী থম্মোয়দা
খগুখিদবদি নত্তেকো ইকায়নুংশি মতৌদা
মবক মবক্তা কবিগুম্বদা ওইনবিবকপা।

লাইবকথীবী নিঙোল ঐগী মপোক্লি
পম্মৌনা পাউতাক্তে পলেম্মা পাউমেন্দে
কবিগী লাক্লিবা নিঙোল শঙ্গায়দা
নোংদম্বনা পীবক্তে নগু ঐগী পম্বুং।

নুংশিদে হায়খিদে পামজদে পনখিদে
লোম্মোক্তবী ওইখিবা পাখগু নকাদা
লাম্মোকপ্লবী নিঙোল থম্মোয় ওইবননি
রাবৌনগুমসিকো লাইবকথীবা পাখগুও।

**জে এস. কোলম**

# তোবর্বান অনীনা উনখিদ্রবসু

তোবর্বান অনীনা উনখিদ্রবসু
পুন্সি ঈচেলদি ঈপাক য়ৌখিনি
তোবর্বান অনীনা ঙাক্ল-ঙাক্লদুনা
হো ঐসে নঙগী পুন্সি তোবর্বান্নি।

লাকচগে তোবর্বান অমদগী
লাকপিয়ু নহাকসু খাংমদগী
ওইবিয়ু ঈচেলনা নঙগী পুন্সি
ওইজগে ঈচেলদুবু পুবিবা লাইজ।

চেন্থবো ঈচেল লাইজবু পুদুনা
য়ৌকবসি ঈপাক ঈয়াই তামত্রবা
নঙনা ঈচেল ঐনা লাইজ ওইনা
ঙাঞ্জগে থাজগী থাবলগুম ঈপাক্তা।

জে এস. কোলম

# তপ্পা তপ্পা ফাওরক্লে থম্মোয়দা

তপ্পা তপ্পা ফাওবক্লে থম্মোয়দা
ঈথক হৌববা নুংশি শহুম্না
অবা নুংঙাই মশক খঙদ্রিবী
ইনীং তপ্লিবী ঐগী পুম্সিদা।

কবি হায়বিবা চীক্লবা অহিংনা
কবিনো য়েংলিবা থানিল থাজনা
তানীংনা ঙাইবি চীংশাং নাপোম্না
লৈতাফম খঙদ্রবী ঐগী ইপাউসে।

কবি হায়বিবা লোম্থোক্তা মীনোক্লা
কবম্বা ৱাহংনো ফোঙদোক্তা মীৎয়েংনা
নীংশিংলবোই যাদবে কাউবগে ঙমদবে
মঙলান্দসু ৱাখলদসু উদুনতা লৈবে।

সুকুমার লোইতোংবা

# কপ্পরোই অমুক কপ্পরোই

কপ্পবোই অমুক কপ্পবোই
শীঙ্গবোই নীংঙমদা পিবাংসে
ইখৃৎসিনা খৃমজিল্লগে ইচীলসে
তনিক্লা খোঞ্জেলসে তাদনবা।

নঙসু লানখিদে ইফমদা
ঐসু লানখিদে নঙোন্দা
তৃমিন্না অসুম নৈহৌবগে
লোম্থোক্তবী শাদুনা পুক্সিসে।

হন্দক্কী মপোক অসিমদি
উনবা ফংলবোই তাম্নখ্রনি
নুংশিগী ঈচেলসু লেপখ্রনি
ওইহৌবনি পুক্সিসে নৈকংলা।

সুকুমাব লোইতোংবা

# মৈচাক অসে ফংনবা

মৈচাক অসে ফংনবা
মৈশা অসে লাংনবা
কখোক্লুবে ঐগী পুন্সিসে
নুংশিবা নঙগী নফমদা।

ইবালনি খঙলক্লে ঙসিতা
মবোল থোবক্লে পিবাংসু
লম্লানবা নঙবু কবিগী
পুন্সিগী থোঙলোয়নি খল্লুবা।

লাপ্লখ্রবসু পুন্সিগী ওইনা
কায়নখ্রবসু মপোক অসিমগী
নীংশিংদুনা অসুম লৈহৌবনি
থম্মোয় চৈনাসে মৃৎলবোই।

সুকুমার লোইতোংবা

## ওইনজবনি ঐনা নঙগী নফমদা

ওইনজবনি ঐনা নঙগী নফমদা
ঐগী নুংশিবসে থোইনা হেন্নবা
নঙগী ব্রাহংগী পাউখুম পীদনা
য়েংজবনি লোন্না শন্নাংলক্তগী নঙবু।

নুংতি নুমিৎ খূদিং ঙাইজবনি
নঙনা লাক্কদবা লম্বীদা লেপ্তুনা
খঙদববা নঙবু পূক্লিংগী ব্রাহৈসে
মায়থোঙদা তাবিবা থম্মোযগী মমিসে।

তাবগা তত্তনা নুংশি ব্রাহৈ
ঐবু নুংশিনা কৌবকপা খূদিংগী
নোকচখি হবাওনা পূক্লিং পেন্না
শাজখি জগোয় ইনীং তম্না।

সুকুমার লোইতোংবা

# ৱাৰৌবা লৈখিদে ঐনা

ৱাবৌবা লৈখিদে ঐনা
চিংনবা লৈখিদে নঙবু
পুন্সিগী ওইনা নীংজখি
থৱায়গীসু থৱায়নি খঙ্খি।

ইবাল ওইহৌবে থাজরুবনা
ফংহৌবে চৈনা নুংশিরুবনা
অসিবা নঙগী অপাম্বা
অসিবা নঙগী নুংশিবা।

শেংলবা ঐগী থম্মোযদা
শঙবিখি নুংশি মচু
মৃত্থংলখো লাকখো নখৃংনা
নীংঙমদা চৈনাসে কোকখিনবা।

সুকুমাব লোইতোংবা

# নিঙোল পুন্সিনা অসুক নুংশিবা নঙসে

নিঙোল পুন্সিনা অসুক নুংশিবা নঙসে
ঐদি থাজদে অসুম্না থেংননি হায়বা
পুন্সি য়েন্নীংথা অমা ল্যাক্লনি হায়বা।

নুজাগী থম্মোয়না অসুক পাম্মুবা নঙসে
নিঙোল পুক্লিংনা অসুক খোয়দাবা নঙসে
নহানমখৈদি লৈকই কদায়দা লোৎনা।

অসুম্না ফজবা মালেম উখিদ্রি ঐনা
অসুক নুংশিবা তাইবং লৈবক্লি খঙদে
নঙনা পীবিবা ঙসি কুইববা তুংদা।

আর. কে সনাহনবী চনু

# ঐগী নুংশি অতিয়াদা

ঐগী নুংশি অতিয়াদা
নঙদি নাইতোম কোবৌদুনি
পুন্সি য়েন্নীং হুলহল্লিবা
থম্মোয় লৈবাং শাৎহল্লিবা।

নতীক-নঙাল হেনখিবনা
নকশিনবসু মিপাইজৈনে
লীচিং-লীপুল কনখিবনা
লাপথোকপসু ঙমজদেনে
কবি নোংদম তল্লিগবা
নিঙোল ওইবী মপোকসিগী।

নশেক-নঙাল উদবদা
হায়ফম খঙদা নুংনাংজৈনে
নিঙোল থরায় ওইবিবও
ঐগী নুংশি অতিযাদা
মীৎকৃপ খূদিং ঙানবিয়ুকো
নুংশি ঈবীক খীকপিয়ুকো।

আব কে সনাহনবী চনু

# নওগী মীৎয়েংদুগী ফজবা

নওগী মীৎয়েংদুগী ফজবা
নওগী মীনোক্তুগী শুমহৎপা
নীংশিংহল্লে নৌনা থম্মোয়দা
শক্তম অমা থাপ্লা তামখ্রবা।

ঈহৌবকপা মীৎলু পিবাংসে
খামজবদা কয়া ৱাজবা
লকানুংগী অৱা-মৈচাকসে
লোৎশিনবদা থম্মোয় কায়জবা
ফোঙদোকপদি ঙমদে নফমদা।

নোংমতসু নওদি হংলক্তে
কবিগীনো ঐনা ননাক্তা
মবম নৈতা তোয়না লাক্লিবা
থেমঙমদ্রবা পূক্লিং নিংঙাইদা
নওসে লল্লানবনি কাউকবে।

আর কে সনাহনবী

# নাপু মচুগী ঈথক হৌরিবী

নাপু মচুগী ঈথক হৌবিবী
হঙ্গাম মপালও নঙগী মীনোক্তা
নিঙোল পূক্লিংসে ইবাঙ-লাঙইদা
মীগী মচাদো উনিংলকইদা।

লিবি হুম্লিবা লোয়ালমগী মালংবা
ঐদা নত্তনা নঙসু ঙাওববোই
নুজা নাপ্পদা চিবোল তৌবদি
হায়য়ু উনিংবা মাবু লাকপবা।

শুমহৎয়াই পুবী নঙগী মীনোক্তা
মঙাও থীববী ওইবে ঐহাক্তি
খোইখোই চেল্লিবী তুবেল লাইজগুম
মনীং তম্লক্রে পূক্লিং ঝাখলসু।

আর কে. সনাহনবী চনু

# লাক্লো ইতারোই চান্নবী

লাক্লো ইতাবোই চান্নবী
উৎলন্নসিনে মালেমদা
নূপী ওইবিগী মপোকসে
মালেম লৈমগী শক্তম্নি
ইমা লৈমবেলগী লাংওন্নি
লৈবাক খুন্নাইগী মমানি।

লোইমোম ফৌবাল থাকসি
পামেল শীংজা চল্লুসি
লেম্লৈ ঙাচং ফাকসি
শিন্নাইশঙদা যৌবগা
নাউকোন ফিবু শাবগা
নাউশুম ঈশৈ শক্লুসি।

থৌদাং ব্রাংলি খোইনৌখোয
খোর্জ্জৈ মকপ ওইদুনা
শৈহেক ইপোম লাংদুনা
ইয়ূম খাম্বী মৈকনসি
লৈবাং থৌদু শাইওন ওই
লৈঙাক থৌদা পুবসি।

আব কে সনাহনবী চনু

# ইকায়-ইকি রাংমা লাম্না

ইকায়-ইকি রাংমা লাম্না
তমজবা থম্মোয় ইপাউসিনা
তাহনবিনু থম্মোয় লমহেনবী
হেনখিবননি নঙবু নুংশিবা।

পুন্দুনা থম্বিববদা শক্তুমদুনা
নিঙোল ওইবিগী থম্মোযসে
কবম্না লৈতানা লৈঙম্নি
ঐগী পূক্লিং রাখলসিনা।

লাকঙমদ্রবা নুংশি ইহলনা
তনিকহল্লে থম্মোয় লকানুংসে
তাহনবিবো নুংশি নপাউদো
থম্মোযগী খোয়বাঙবা কোকচবগে।

**ওজিৎকুমার লুবাংচা**

# নুংশিবনা নুংশি হায়রকপা

নুংশিবনা নুংশি হায়বকপা
নুংশি বাহৈসে তাবিমখৈ
পেনবা শুক্রাই নাইদে
থম্মোয়সে থল্লো ময়াদে।

অনৌবা য়েন্নীং হল্লক্লে
অপাম্বগী মশেক্লা য়ৈবক্লে
নুংশি লৈবাং শাৎলক্লে
নুংওন বাখলনা থুমহৎলে।

খল্লবসু খন্দ্রবসু উবে
থম্মোয়বু নুংওনহল্লিবা মায়থোঙ
তবঙদা বাবী শানকবে
নঙনা ইমাঙদা লৈববোই।

ওজিৎকুমাব লুবাংচা

## ঋাহং ওইহৌরবা ঐগী

ঋাহং ওইহৌরবা ঐগী
পাউখুম লৈত্রবা পুন্সিনি
হংলনু অমুক ঋাহং
নঙগী পুন্সিসু লম্মাংননি।

খঞ্জবা ঋাখলগী মকমদা
লোত্তুনা লৈবন্মী থাজদনা
শকখঙনদ্রিবা পুন্সিগা শকখঙননবা
পাউখোং কয়ানা ঙাইদুনা।

মচেৎ-মচেৎ কীন্থবক্লিবা
হিংনিংবগী থৌনা মাঙলবীনি
ওইদ্রবনি ঐদি মতমদুগী
নঙগী নুংশিবিগী শক্তমদো।

**ওজিৎকুমার লুরাংচা**

# থম্মোয়সে ঐগী কায়ম্রবসু

থম্মোয়সে ঐগী কায়ম্রবসু
নঙগী থম্মোয়দি কায়দসনু
নুংশি মৈনা চাকহৌববসু
চাক্তবা ওইসনু নঙোন্দদি।

মাযথিহৌববা পুন্সিনি ঐগীদি
নঙগীনা পুন্সিনি মায়পাক্লবা
মসিসু পুন্সিগী তোখাইবা
মহাও অমনি খলহৌবগে।

হিংবা তম্লগে ঐগী পুন্সি
নহাক য়াওদনা লেমহৌবিবা
চৈনা পীবিবা ৱাখলসে
লোৎহৌবগে অবোনবা থম্মোযনুংদা।

ওজিৎকুমাব লুৱাংচা

# নুংশিরবসু নুংশি হায়জবা ওমজদে

নুংশিববসু নুংশি হাযজবা ওমজদে
নুংশিবা নওবু উবগা মিপাইজৈ
নুংশিনা লাৎচবা থম্মোয়গী শক্তমদো
ইনীং তম্লদি য়েংজবা ওমজদে।

থম্মোয়দা লৈবিবা নওবু নুংশিবসে
কবম্বা ৱাহৈনা থৱায হাপকনি
খনবদা ঐগী পূক্লিংসে ৱাজৈ
নুজাগী মপোক্তা পোক্লুবা তোল্লিদা।

পূক্লিংগী মিপাইবা পূম্বা লাকশিন্দুনা
ইকায়না তমজবা থম্মোযগী নুংশিবা
নুংশিবসিবু নওনা মীবাযবিনু কৈদৌনুং
থম্বিয়ুকে নুংশিনা চেৎনা থম্মোয়দা।

ওজিৎকুমার লুৱাংচা

# ঐনা ৱাখল থেল্লুবনা

ঐনা ৱাখল থেল্লুবনা
লানথ্রে নফমদা কয়াবক
ঙাকপিফম থোক্তুবা ইবালসে
ঙাকপিয়ুনে নঙনা অমুক্তং।

ইচম চমজবা থম্মোয়দো
লান্না লৌকবে ঐনা
নঙগী পৃকচেল খঙলুদবনা
ফংলিবনি মৈচাকসে ঙসিদি।

হৌখিবা ৱাবীশিং নীংশিংলুবগা
পুঙমদে থম্মোযগী মৈচাকসে
মৈচাকসে ফংজনবা শীঞ্জকবনা
ওইবিবনি থম্মোয় লাইমল।

**সবত সলাম**

# নুংশি হায়বা ঙমদনা

নুংশি হাযবা ঙমদনা
ঙসিসু অসুম নৈহৌবে
ইকায়বা নঙনা ঐবু
কবিগী ফাদুনা থম্বিবি।

তোল্লিদকো নিঙোলগী মপোক
খঙবিদনা চৎখ্রে মাদি
নুংশি হাযকন্বা মীৎকৃপ্তা
কবম্বা ব্রাহৈনা পাউখুম্বিবক্লি খল্লিঙৈ।

নৃপীনা হান্না হায়নদে
নুংশি হায়না নৃপাদা
অদুবু ঐদি হাযবনি
ইকায় খঙদবীনি হাযবসু।

সরত সলাম

# কপ্তুনা অসুম লেনবা তারে

কপ্তুনা অসুম লেনবা তাবে
নঙগা কায়নবা মীৎকৃপসিদগী
ঝাবনা পন্দোম লোম্নে
খাঙবগী পাঙ্গল লৈবক্তবে।

থঝায়গা হকচাংগা খাইনবমদাই
অসুক ঝাবা মৈচাকসে
হায়জবা পূম্না তাবিখিদবে
থৌজাল ঈবীক খীকপিবক্তবে।

মসিতা থোক্লবা শীনখিবনি
ঐনা অপঙবী ওইকবনা
উবিখিদে ঐগী থম্মোয়
শীন্থবিবা মীৎলু পিবাং।

সবত সলাম

# নিঙোল পূক্লিং ইরাঙ-লাঙই

নিঙোল পূক্লিং ইবাঙ-লাঙই
যেন্নীংথা মানা লাক্লবদা
হৈখা হৈনৌ মপাল্লক্তা
ঐগী নুংশিবনা থল্লে।

তপ্পা শীৎলু মালংবা
চেকশিন্না য়োশ্লিবা লৈনম
হুমদুনা পূবগা নঙনা
কনাগী নাপ্পদা তন্লিবা।

মহৌশানা পূবকপা যেন্নীংথা
ঙম্লোই কনানা থিংবা
লাক্লে ঙসিদি যেন্নীংথা
ঐগী থম্মোয় লকানুংদা।

সরত সলাম

# ওৎলগা ঐবু তমথিনা

ওৎলগা ঐবু তমথিনা
পেল্লিবা নঙগী থম্মোযনা
কপ্পগা থম্মোয় শোক্লা
নঙনা কবিগী নুংঙাইহিবিবা।

পক্লববা নঙগী থম্মোয়দা
নুংশিগী ঈবীক অমতসু
নচল-নচেগুম্মা নুংশিবিবল্লবা
ওৎলল্লোই অসুক তমথিনা।

পোকঙমদনা পোকপা মীওইবনি
নুংশিবিযু ঐবু অমুক্তং
পাম্বৈ লৈত্রবিনি খন্দুনা
থবায়সিদংদি নিজবি নঙোন্দগী।

**সরত সলাম**

# হাদা পূক্লিং লমহেনবী

হাদা পূক্লিং লমহেনবী
ৱাদবা ঙমদে ঙাওমল্লি
থেমজবা ঙমদে মিপাইজৈ।

ঙসি লাক্লে তানফম অমা
নিঙোল ওইবী মপোকসে
খোঙফম অমদি শোযফদা
মীৎযেং খূদিংদি মিতাজবা
পম্লুং খঙদা চৎনিংবা।

থাজকই কবিগী ঙাইঙমদা
হেক হেক অকাউ পবৈনা
মনীং তম্বা মকাদা
লৌনম্বা শক্লোন পুবম্লদি
ৱাখল থেনবী তাহৌনি
থৱায ঐগী তনিকই।

এস সি য়াইখোম্বা

# হায়বক্কনি খন্দুনা ঙাইজখিবা

হায়বক্কনি খন্দুনা ঙাইজখিবা
ব্রাহৈ অমা হায়বমদা চৎখি নঙনা
চান্নবম্মী সূপ্নগী খঙনকব্বগী
শাউনবসু লৈখিদে মীৎকূপ অমা।

থেংনবা খূদিং যেংলম্বা নতৌদুনা
ঊৎলম্লিবা কবিগী মবম লৈতা
নিজখিবা নুংশিবা খঙনা খঙনা
থমখিবা নত্তবা নঙনা লোন্না।

চঙজকবা নফমদা লানথ্রববা
খন্না খন্না খনফম খঙহৌদবে
তানিংখি নপাউ লাঙতক্লবা থম্মোয়
খাঙলিঙৈ ইকায়না পল্লেপফম খঙদা।

এস. সি ম্রাইখোম্বা

# অমুক্তং পেন্না য়েংজনিংবনি

অমুক্তং পেন্না য়েংজনিংবনি
ইমীৎ অসিনা নঙবু
শাউথ্রমাল্লে লাকখিদবে
ইবাল কযা লৈথ্রমাল্লে।

নুংঙাই-য়াইফবা পুন্সি অমা
ফংবদা নঙগী পুন্সিনা
ঐগী থম্মোয়না পেঞ্জবা
তমগনি কবম্লা নঙোন্দা
লাইবকথীবী মপোক ওইবনা।

অঙাং ওইবিঙৈগী মকাপ্নি
অৱা-নুংঙাই খোঙলোইনি
কাউথ্রবসু নঙনদি
নঙোন্দা পীথ্রবা থৱায়না
পুন্সিদা কবি পাম্লুনি।

এস সি য়াইখোম্বা

# পুনবিয়ু চেৎনা পুন্সি লৈপুল

পুনবিয়ু চেৎনা পুন্সি লৈপুল
নুংশিবী কুন্দো পবেং নঙনা
থম্মোয়গী শেংলা মফম অমা
থন্নগে নুংশিবা নঙতগী ওইনা।

কোবৌ কয়া ঙাইজবকপা
চৎলনি ঙসি পাম্মু নাক্তা
ফাবগে পূক্লিং তপ্পা ইঙনা
খল্লবোই ব্রাখল লমফাঙনবা।

লাইবক্তা তম্বা মকাদা ঐনা
থল্লিবা থাজবা ইদোম খঙজৈ
নিঙোল ওইবী মপোক অসে
চৎকনি মাগা পন্থুং তম্না।

এস. সি য়াইখোম্বা

# লাক্লিবনো কবিগী

লাক্লিবনো কবিগী
চৈনা পীবা থম্মোয়দা
মেবাগী থাবল লমযৌবী
ঈংনা মৈশা লাংহনবী।

কপ্লে কপ্পা য়েংনিংবা
শাউবে শাউনা উনিংবা
নুংশি মাগী চেঙলৌনি
অমুক হন্না লাক্লবোই
উনা উনা তামপ্পনি।

নঙনা লাকপা খূদিংদা
মাসু লাকপা য়াবনা
ঙাইখিবদো মহৌশা
নীংশিংলুবা মীৎকূপসে
যেক্ল-তিংখং ওইববে।

**এস. সি. মাইখোম্বা**

# নুংশিব্রা নুংশিব্রা হংলক্কনু ঐঙোন্দা

নুংশিব্রা নুংশিব্রা হংলক্কনু ঐঙোন্দা
নুংশিববু ময়াই চমহনবা ব্রাহৈ
খঙজবক্কনি শোযদনা নোংমদি নঙসু
থম্মোযনা হুল্লিবা মিহুলগী মবোল
ঙাইয়ু মতমদো থাজবা থম্নগা।

তৌশিন্নবা মানবা মতমসিগী নুংশিনবা
কাযথবকপনি মাঙথবকপনি অচেৎপা মবী
খঙজু নঙসু নুংশি কাইহৌবিবা
অশেংবা নুংশিবগী মথিদি
মাযথোঙদসু তাবনি কাউগনু।

মপূংফানা তমজখিগে লৈশাৎ তাঙনা ফংবনি
কল্লকপা মিহৌবনা হেনখ্রবদি নুংশিবা
মাঙখিগনি লোইখিগনি লমখাংদা
থাজববু থম্নববদি থম্মোয থম্মোযদা
মযেক শেংলক্কনি তাবমদাই নুমিৎকুম।

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

# মেঙলবা থাবলসিনা

মেঙলবা থাবলসিনা
কাউঙমদ্রবা ৱাবী ওইবে
চীক্লবা অহিংসিনা
ওইবে অনৌবা ঈশৈ।

উইশিনবা ঙমদ্রবা মীৎসিনা
মমি শামি ওইনা ইমাঙদা
যৈবক্লি নাকোংদা খোম্থাং
লাক্লো লাক্লো হায়না কৌবগুম।

পৌবোল কয়ানা লোল্লবসু
পল্লোন কয়ানা খাববসু
থিংবদি ঙম্লবোই ঐগী নুংশিবা
মালংদা তাউবি মঙলান ওইনা
নঙ ঐগী নুংশিবদি লৈকংলানি।

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

# মীনোক্লা চিরোল তৌবা পাখঙ

মীনোক্লা চিবোল তৌবা পাখঙ
শুমহৎপা নঙগী মোমোন মীনোক
মবৌ লৈবা মীৎয়েং অদুনা
কাইহৌবি ঐবু মীৎকূপ খূদিং।

খল্লুদে অসুম্লা থম্মোয় হূখিনি
নীংলুদে অসুম্লা মৈচাক খাঙহৌনি
হৈবল্লে নঙদি নুজা থম্মোয হূবানবা
পীবম্মু পুখিবা য়াবোই হূবানবা।

হায়ববোই খল্লম্বনি কনাদসু
চাকচবসনু থম্মোয়নুংদা মৈচাক
ঙল্লক্লে ফুমদুনা থম্বা নুংশিবা
পোকখাযবক্লে কল্লবা মৈগী চীংগুজম।

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

## লেপ্পগা ইমাঙসিদা

লেপ্পগা ইমাঙসিদা
থেমজিল্লবো ঐগী থম্মোযবু
নুংশিবা খোইথুম্নবা মীৎয়েংনা
পেঞ্জবগে মদুনা পাম্মুবা।

নঙতা উই নঙতা নীংশিংই
তূম্বা চাবা খঙদনা ঙাওবে
নঙবু ঐগী কনানো হো লম্লানবা
পুবিবোনে ঐবু পম্ভুং তম্না নুংশিবগী।

কাউবগে হাযবসু ঙমদবে
মীৎযেং অমনা মীনোক অমনা
ৱা ঙাঙদ্রবসু মীশুম্বা শকহেনবা
পুবিবোনে ঐবু নুংশি পম্ভুং তম্না।

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

# নবালদি থৈদোকখো থঙজিনবিয়ু ইবাল

নবালদি থৈদোকখো থঙজিনবিয়ু ইবাল
নাথৈদুনা তল্লমদবনি খল্লগে
ব্রাবকচবগে পোৎলূম পুবিবী থম্মোয়বু
থমজগে থাজদবদি অদুমক নফমদা।

তম্বিখিবদাই মতম অমদা নুংশিবা
কাইহৌবিখি লৈশাৎ মপূং ফাদ্রিঙৈ
খন্থহৌদে লৈতাফম পীখিদে ব্রাবৌনু
ইকাযথিবা হায়বসিবু হৌনশা নত্তববা।

ঙসিদি ওইবে লৈকা খূদিং নঙগী
চৈবিয়ু মমল লৈতবী লৈবাংগুম
লৌজবি শীবকপা ইবাল খূদিং
নীংশিংবিয়ু ঐবু চৈফম যেংলগা।

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

# নুংওনবা মপাউ পুবা

নুংওনবা মপাউ পুবা
য়েন্নীংথা হায়বদো লাক্লে
থম্মোয়গী থোঙজিন্দা লেপ্লবে
নুংশি লাইরবা পুবা মালংগা লোয়ননা।

মিপাই চাউবী ইহৌশা
পূক্লিং রাখল তনিক্লে
থম্মোয় অতিয়া শীন্না
নুংশিগী নোংহৌনা কূপশিল্লক্লে।

নৌজবিবী ইখূৎসিনা ঙসিদি
নুংশি নৌবেল পাযনিংলক্লে
পামজ মায়কৈ নুংশি-লম
খোয়বাঙবা মীৎযেংনা যেংনিংলক্লে।

এলাংবম ইনাওচা

# য়েৎলরোই নগুতগী লম্বীদা

য়েৎলবোই নগুতগী লম্বীদা
হায়ববোই ৱাহৈ অমত্তা
নুংশি হৈতবা নফমদা
লাঞ্জদে ঐগী থম্মোয়না।

নীংশিংগনু য়াদে থম্মোয়সিনদি
হৌখিবা মতমদুগী ৱাবীশিংদো
কাউবল্লনি মীনুংশি খগুদ্রবা নগুদি
অহেনবা কনাবু য়েংলিগে।

অহেনবতা পাম্বা থম্মোয়দুদা
অয়েৎপা পীববোই নফমদা
নীংশিংলকপা মীৎকূপ অমদা
শীস্থগনু মীৎলু পিবাং।

**এলাংবম ইনাওচা**

## ইমীংসিনা নঙতা উরে

ইমীংসিনা নঙতা উবে
ৱাখলসিদা নঙতা খল্লে
চান্নবা নঙগী ৱাখলদা
পূক্নিংসে ঐগী লৈতাদবে।

পল্লেপফম লৈত্রবা থম্মোয়সে
ৱাখলদি পম্থুং যৌখবে
কবি খল্লিবা মাঞ্জও
ৱাখলসে নঙগী খঙনিংলে।

অবেপ্পা লৈত্রবা থম্মোয়গী
ওইজনিংদে ঐগী নুংশিবা
লৈমিন্ননিংই থম্মোয মশক খঙনা
পূকচেল শেংবা মহাক্কুগা।

এলাংবম ইনাওচা

# য়েক্লবা ওইনা লৌরব্রা

য়েক্লবা ওইনা লৌবব্রা
ঐগী থম্মোয়গী নুংশিববু
নঙগীদমক মতীক চাদ্রবিনি
লাইবিক লাইশু হৈতবিনি
মতমসিদা চন্নফম লৈবোইয়ে
নমান্নবশিংগী মমাঙদা ইকায়বোইদবা।

থম্মোয়দা নুংশিবা ফাওববসু
মীনোক মৈশা কিবনা
নুংশি পাউখুম পীঙমদবে
থম্মোয়গী অশোনবা ওইদুনা
নঙনা কয়াদা ব্রাবৌখ্রবা।

নঙনা ঐবু নুংশিবিবা
ঐগীদি লাইবক ফববনি
অতিযাবু লাম্বা ফংবগুম্বনি
নুংশি যেন্নীং চোংলমদবে
লাযববা পলেম পম্ভৌনা।

এলাংবম ইনাওচা

## থব্রায় তানা থাজখিবা

থব্রায় তানা থাজখিবা
কুন্দো লৈবাং পান্বীসে
ঙসিদি শাংলেনে ইঙৌ-ঙৌনা
পাম্মুবা মাগী ঙকশমদা
হূকচবা ফংলনি খনবদা
ব্রাখলসে কয়াদা নুংঙাইববা।

কুন্দোসিনা মবম ওইবগা
ফংলবে মৈচাক অমদি
মৈচাকসিনা মৈবী ওইদুনা
চৈনা অমা খাঙলি
চৈনাসে কৈদৌঙৈ মাঙখিনি।

লাইবক্তা অসুম্না তন্নম্বনা
নিঙোল কাদা হল্লক্লে
ইখূৎনা থাবম্বা কুন্দোসু
অনৌবা যেন্নীং চোংলমদ্রে
অকংবা উবীগুম কেম্লম্লে।

**এলাংবম ইনাওচা**

# ফজবদি মায়খোঙদা নত্তে

ফজবদি মায়খোঙদা নত্তে
পৃক্লিংগী ইহ্লদসু লৈতে
থম্মোযগী লংলা অমনা
নুংশিবা মবীগী খৃদম্লি।

লোন্না চঞ্জবা পাউখোংনা
মীৎয়েংগী অকবা পোত্থম্লি
থম্মোয় থম্মোয়না খঙনবা
পুক্সিগী অচেৎপা ফিবেপ্লি।

কনাদসু তমথোকফম লৈতে
পৃক্লিংদা চেৎনা লৈবনি
নুংশিবগী চাংদি ওঞ্জবা
ব্রাহে অমত্তগী কিশিনি।

মুতুবা তোম্বা

# পাম্মুবা করি মতৌনো

পাম্মুবা কবি মতৌনো
যাব্রা কয়া পাউদম্নু
কোবৌ নোংমতা লৌদবা
থব্রাযগী থব্রায ওইব-ও।

খুম্নুং শব্রা তানখ্রবদি
নূবা ওইবিদি কমদৌনি
নুংশি লাইমল ওইহৌবা
নিঙোল মপোক্তি লোইবেনে।

নুংশি হৈনা তম্বিদুনা
পাম্মুবা মশক খঙহনবা
লিকোন মতমদা নীংশিংই
লমতা থাদসু কাউঙমদে।

মুতুব্রা তোম্বা

## থরায়দৈ হেন্লি খঙনবা

থরাযদৈ হেন্লি খঙনবা
পান্মুবৈ থৌনাবু উৎপ্রা
থম্মোয় লকাদা চেৎনা
থম্নকপা লমজাবু নুংশি।

শামু খোঙদা য়েৎপসু
কাওবেন ষণ ফাবসু
নুংশি মশুংলাংগী চাংযেং
হ্বাও মোমোন্না লৌবনি।

শাবী শানৌ থুংনদনা
কনাগা নুংশি থুংননি
লাংওন 'মদা যাব্রানবা
কাউব্রা থোইদগী থোইবীনি।

**মুতুম্বা তোম্বা**

# নুংশি হৈজরোই মহায়জৈ

নুংশি হৈজবোই মহাযজৈ
তুম্না যূবদু মঙায
অসুক তমথিবা চৈনাদি
নুংশি ৱাখল মঙায়বে।

উনদ্র মীৎকূপ অমতং
পুন্সি চূপ্পা কাযনগদবোই
মতম চূপ্পদা খল্লিঙৈ
নুংশিবগা থুংনগদবোই নীংই।

কবি হৈবা লাইৱানা
শুমহৎখিবা নঙগী পোৎশেম্লো
পামজদবা ঐবু ঙাওহল্লে
নুংশি নঙগী ৱাখলদা।

মুতুবা তোম্বা

# ইতা কোম্বীরৈ নকাদা

ইতা কোম্বীবৈ নকাদা
য়াব্রা 'সিদং পাউমেনগে
পাম্মুবা মাগা থুংনবা
মপোক 'সিমদি পেঞ্জগে।

শক্লোন কযা ওন্দুনা
নতাগী মতৌ তম্বিনু
লৈমল চনখিবা য়েংঙম্লোই
শেংনা খাইনা উনিংলোই।

লৈশক চাম্মা শাইওল্লসু
নতা কোনু ওইবিদি
মশাবী 'থংলেন শাম্বগী
নুংশি মবীবু খঙবিযু।

মুতুম্বা তোম্বা

# লাক্লো চান্নবা ইঙা কুমদমখরে

লাক্লো চান্নবা ইঙা কুমদমখবে
ইঙেন কুমখাইনা নোংজুবক্লে
লাক্কনি হাযবিবম্বা কাউবিবববা
ঙাইবম্মু তাকপিবম্বা নীংশিংদ্রববা
নোংজু মমৈদি ওইশিল্লক্লে।

নুংশি লাইজনা ঈমায চোল্লক্লে
পৃক্লিং ঈকোনসে ঈথক হৌবক্লে
থম্মোয থম্বালদি তনিক-তনিক্লে
খৌবাংনা ঙাইজবা নঙদি লাক্তবে
ব্রাখল নোংলিক্লা চৈথেং পীবক্লে।

লমগী খোইমু কয়া পাইবক্লে
নশানৌ থম্বাল ঐদি মিপাইবে
ব্রাবে ইদোম ঙাকচ-শেঞ্জবা
লাকপিবো খোঙহৌ থীনবিবনুনে
মপু লৈববিনি খঙহনবিববো।

কমলাকান্তা লাইশ্রা

# থারিকথাগী চান্নবা থাজ নহাকসু

থাবিকথাগী চান্নবা থাজ নহাকসু
যাওবিযু ঙসি ঐবু থিনবিবা
শাগৈ অমগী মৌবু ওইদুনা
ইপান্নম থাদোক্কুনা চৎলিবী ঐবু।

থাদোক্লন্ননিদো ঙসিদগীদি
পলেম পম্বৌগী মশাইগোনসে
হৌবক্লেনে পিবাং মীৎলু নাপোমদা
খামজিনবা যাদনা শীন্থবক্লে।

পীবিবম্মু থৌজাল নঙনসু ঐঙোন্দা
নুংঙাই-যাইফবী ওইয়ু হায়দুনা
পাম্মু মবানযাইদা থাউমৈ ওইনা
নহাক্কুম ঙাঞ্জকগে ঈংনা চীক্লা।

**কমলাকান্ত লাইশ্রা**

# ঐগী করম্বা ইরাল লৈদুনা

ঐগী কবম্বা ইবাল লৈদুনা
মাঙ্গনা ব্রাবৌনা চৎখিবনো
হে থম্মোয অমুক্তা খুম্মুবা
ঐনদি খগুজদ্রে ঐগী ইবাল।

নোংমতা কাযখিদে হৌন-লমচৎ
লৈজখিদে মীবাযবা ইতৌ
অবোন-অথুপ থমজদনা
লেঞ্জবকপিনি মাতগী ব্রাখলদা।

অপাম নোংথাং কৃপ্লকপা খৃদিং
পূক্লিংনা লোৎচৈ থম্মোয় লকানুং
ব্রাখল লম্ফে খল্লকপা কয়াদা
ফাজিঞ্জে থব্রায়না মাতবু নীংশিংনা।

কমলাকান্তা লাইশ্রা

# ঐবু করম লেল্লি হংবিরখো

ঐবু কবম লেল্লি হংবিবখো
তাইবংনি হায়না লেপ্লিবখো
নুংশিবা নঙগী নুংশি নপাউনা
পুন্সিসে ইচীক থেম্বিবখো।

নুংশি ওইনফম্লি নহাক্তি ঐগী
থম্মোযগী নিংঙাই তৌজফম্লি
নোংদোন থাজ মাবু য়েংমিন্না
নুংশি ব্রাবী কয়া শামিন্না
পুন্সিগী ব্রাবেপ কয়া লৌমিন্নখি।

তমথিবা নোংলৈনি মঙলানগুম নীংলি
মীনুংশি য়াওদা নহাকপু পুখি
মঙলান্নিনে অমুক্তা হাযবিবখো
মীৎলু পিবাংসে তৈথোকপিবখো
থাজসু থোক্লক্লে মহৌশাগুম্না।

কমলাকান্ত লাইশ্রা

# নুংশি ওইনবনি খঙবিখিদরে

নুংশি ওইনবনি খঙবিখিদবে
থম্মোয়গী নিংঙাইনি লৌবিখিদবে
লান্না লৌবিদুনা চৎখবে
কৌশিঞ্জবসু ঙমহৌদ্রে ইচীলনা।

ঐবু নুংশি হায়বম্মী নুংশিনা
মাবু নুংশিববা হংলম্মী ইকায়না
মতৌ যেংনিংদুনা থওইকদবে
ইদোম ৱাজনবা শীঞ্জবগুম থোক্লে।

খঙমন্দে মাসু মাযথোঙগী মমি
পীবল্লে ঐবুসু নুংশিগী চৈনা
পূক্লিংনা খামজবসু উবিখিদবে
থম্মোয়না কৌজবসু তাবিখিদবে।

**কমলাকান্ত লাইশ্রা**

# করিগী লেঙলক্লি

কবিগী লেঙলক্লি
নোংজু থাদি পিনৌবী
ঐগী লায়ব খাংপোক্তা।

নহাক লাক্লে উবদা
মোমোন নোক্লি হবাওনা
খৌগংলবী মালেমসে
ঐদি কপ্লি মিপাইনা।

পাবি পীশক য়াতাবি
চাউদ ইমোম নাউকোল্লি
ঐবু অমুক ওৎলনু
য়াইফ শঙ্গায় পাংখবো।

ঐদি ঙসি পিদোল্লে
ইপাং কাযনব চেক্লানি
পাবি-ইমোম পীক্লিয়ে
ঐদি নঙবু ওক্লবোই।

**বেবিল থাঙ**

# তাম্বিদরে খোঞ্জেলদো

তাম্বিদবে খোঞ্জেলদো
অচীকপদা অহিংগী
খোমগত্তুনা শন্নাংসে
য়েংলদবে অমুক হন্না।

থাবল ইপোম ঈহৌবি
মীৎলু লাইজ ঈবাদি
ঈহৌবক্কে অহোইননা
পাম্মু নঙবু নীংশিংনা।

ঈনুংলৈনা থেঙলক্কে
খূত্তা মৈবা পায়দুনা
নঙগী লম্বী য়েংলিয়ে
ঈখৌলাংনা উনিংবনা।

পাম্মু নঙবু লাক্লোবা
মীৎলু পিবাং তৈথোক্লবো
খোমগত্তুনা শন্নাংসে
য়েংলবোবা অমুক হন্না।

**বেরিল থাঙ**

# অরেম্বা ওইরে ঙসিদি

অবেম্বা ওইবে ঙসিদি
ইখৃৎমক্লা লেংজকবা
পুক্নিগী কুন্দো পবেংসে।

পামজনা লেংজবা পবেংনি
হূকচনিংবা নুংশি ঙকশম্লি
ফংলবোই অমুক হূকচবা
মপোক লাংওন অসিগী
চল্লনি লৈমল খাংঙুথক্তা।

চৎখবো নঙদি নিংঙাইদনা
ওইখবো য়াইফবতা পুক্নিগী
পিবাংনা লৃপ্লবা ইমীৎসিনা
নীংঙমদনা য়েংজবা নত্তনা
বাবৌবা লৈববোই কনাদা।

বেরিল থাঙ

# লাক্রেনে কুমগী নোংলেন

লাক্রেনে কুমগী নোংলেন
খৌগংলবী মালেমদা
মাঙ্গ নঙদি লাক্তবে
লায়ববী ইনাক্তা।

য়াচংবা মতম ওইবদা
পোম্বী চেক্লা অপূম্বা
মচাগী চীঞ্জাক পুদুনা
হল্লকইনে মহুম্লাংদা
মাঙ্গ নঙদি লাক্তবে
লায়ববী ইনাক্তা।

নঙগী খোঙ্গুল তাদ্রবা
য়েক্ল মীৎয়েং চঙলক্রে
'পোকপা পম্মৌ লৈনবু
পম্মৌ কৌবা ফংজদবে
পাবি-ইমোম পীশকশিং
চাক্তোন-ফিদোন লোম্লক্রে।

বেরিল থাঙ

# ঐগী লাইবক্কী নোংদম্বা

ঐগী লাইবক্কী নোংদম্বা
পুন্সি খোঙচৎকী খোঙবুবোই
কৈদনো নঙবু কৈদনো?

লৈবাংনা মনীং তন্নিবা
লৈনম্মা হাববা লৈকোলদা
তবি-তবি থাংবা খোঙথাংবু
হৈনা হৈনা লমজিংবিবম্বা
কৈদনো নঙবু কৈদনো?

নীংজবা ঈপাক তন্নিবা
চেম্থবিবা পুন্সি ঈচেলগী
চাংজৌ অনী ওইবিবম্বা
থরায়গী থরায় ওইবম্বা
কৈদনো নঙবু কৈদনো?

**বেরিল থাঙ**

# ঐসে লৈনম চেল্লমাল্লে

ঐসে লৈনম চেল্লমাল্লে
খ্বাঙজেংবা খোইমু কয়ানা
নাপ্পদা চীবোল তৌবক্লে
থম্মোয় পাউখুম পীযু হায়না
কবি খুম্লি ঐদি
ইবাঙ-লাঙলে ব্লাখলসে।

লৈবাং মপোক্লি কাউরুবে
লৈনম চেনবিনি নীংশিংলুদে
অসুক কুইবা মতমসে
পলেম পস্থৌ শঙ্গায়দা
খোইমু চীবোল তাদনা
লৈবাং পুন্সি লৈবকপনি।

খোইমু লৌনম তৌবিনু
মীনম লাংবু থাকপিনু
নৌজবিবী লৈবাং পুন্সিনি
শাৎচখিগে পস্থৌ শঙ্গায়দা
ইনীংতম্লা লৈবাং ঐদি
থম্মোয় পাউখুম পীখিবোই।

লক্ষমন নিংথৌজা

# নিঙোল পূক্লিং নুংওনবী

নিঙোল পূক্লিং নুংওনবী
লাক্কে ঙসি হিয়াঙ্গৈ
হবাও মোমোন মীনোক্লা
যূমথোঙ খূদিং নিল্লনি।

পলেম পঙ্খৌ কযানা
যূম্নাক শাগৈ ওনখ্রবী
মচা নিঙোল লাকপবা
থোঙ্গাল খূদিং যেংলনি।

অঙাং নাব্রা ওইবিবৈঙে
ব্রাবী শীংবুল নীংশিংনা
থম্মোয থম্মোয় শেংদোক্লে
মচে মচল কযাগা।

নিঙোল ওইবী মফমদা
চন্নবা খূদোল পীদুনা
মবুং মৌপুব্রা কয়ানা
নুংঙাই য়াইফবা নিনবি।

লক্ষমন নিংথৌজা

# লমদম তাম্না লৈখিবা

লমদম তাম্না লৈখিবা
চীংলোন লান্না পাইখিবা
ঐগী থৱায় ওইবিবা
যূমগী পোম্বী নুংশিবা
নহুম পোন্দা হল্লক্লো।

নঙগী মায়কৈ যেংবদা
মীৎম্না অনী শাম্লক্লে
পূক্লিং হকচাং চোকথবে
লাক্লো নঙবু নুংশিবা
চীংজাউ ওইনা লেপ্লিবো।

নঙনা ইমাঙদা লেপ্লবা
মীৎকূপ অদুতা ঙাইজবি
পাঙ্গল শোনবী নুজানা
শিন্নজগে থৱায হকচাং
লৈজবা পূম্বা নঙোন্দা।

লক্ষমন নিংথৌজা

# ঐগী থম্মোয় কায়নবা

ঐগী থম্মোয় কাযনবা
ব্রাহৈ অমা হায়বিনু
মীৎলূ পিবাং তানবা
থম্মোয় অমুক ব্রাহল্লনু।

ঐদি নঙবু খল্লিবনি
মীৎকূপ খূদিং পূংজা খূদিং
নঙবু ঐগী ওইজবা
মসিনা ঐগী লাইনিংনি।

ঐগী পূক্লিং খঙবিয়ু
মীৎকূপ খূদিং ব্রাজবিবনি
নঙগী খঞ্জবা পুঙ্গিসে
হিংলি ঙসিসু নঙগীদমক।

লক্সমন নিংথৌজা

# থম্মোয় পান্দে হায়রসু

থম্মোয় পান্দে হায়বসু
মীনুংশি খঙদে শোল্লসু
হায়বিবা যাদ্রবা নহাক্না
কবিগী পাউথোকপিবি মীমাঙদা।

ইকায়থিবী মপোক ওইখিবনা
চীনবাল কাঙবদি ঙমজদে
থম্মোয়না নঙবুদি শোঞ্জবি
মীৎকৃপ খৃদিং নঙতবু।

লাক্লো ঙসি ইনাক্তা
তন্নগে থম্মোয় মপাউ
অমত্তা খাক্তনা নফমদা
লৈজবা পৃম্বা পীবগে।

লক্সমন নিংথৌজা

# কায়হৌরবোই খন্না খাঙলিবনি থম্মোয়সিনা

কায়হৌববোই খন্না খাঙলিবনি থম্মোয়সিনা
হাংদোক্লবোই খন্না খুমজিনথ্রবা চেনানি
লেপ্পু য়াদবা পিদো তাহল্লনু।

নঙগীদমক ওইদবা কয়া ঙাঙখিবনি
উনা উনা উশিন্নদনা চংখিবনি
থওইবিখিদবা কয়ানি লেপস্ত্রবনি খঞ্জদুনা
নুংশি নুংশিনা থম্মোয়দো হংদুনা লাকখিবনি।

হয়েংদি উনবনি খনবদা হবাওজকই
লৈকোলগী লৈশিংদি তূমিন্না লেপ্লি
মীগী থম্মোয় লেপ্লাইদবা ওইবল্লে
হূকচনিংবতা ঙায়হৌবে কুন্দো পবেংদো।

নিমাইচান্দ খোকচোম

# শুমাঙ মচীগী মালিকা

শুমাঙ মচীগী মালিকা
নুংশিবা লৈনমসিদি ঙাওবেহে
পিতনা চোৎলবা মাযথোঙসিনা
ব্রা অদুখক্তনি ঙাইজবিবা।

অমম্বা অহিংগী তনিকপা থব্রানমিচাক
থেমজিনবিখি ব্রাজদুনতা লাক্লবা ঐবু
নুংঙাইবতা ওইযু হায়বিখি পুন্সিদা
পাম্মু-যূমসে থাদোক্লগে খল্লিবাঐঙোন্দা।

পানা চুবা নোংলক্তা চৎমিন্নখি নোংমা
মীৎ কৃপুনা যেংজখি মাযথোঙদুবু
থম্মোয়নুংসিদদি থীক-থীক নোকচখি
উজনিংবনা খূৎ-থেক্লা হল্লকপদো ঙাইবি।

নিমাইচান্দ খোকচোম

# ঐসু খঙই নঙনা নুংশি হায়বা ঐবু

ঐসু খঙই নঙনা নুংশি হায়বা ঐবু
নঙগী নুংশিবা ঐগী থম্মোয়দসু ফাওই
চীনসিনদি হায়দোকপা ঙমজদে।

ননাক্তদা নৈদুনা
নুংশি ৱাবীদা শাননিংই
হায়গে খনবদি হায়ঙমদে
উনহৌদবা নুমিৎ খুদিংদি
ৱাখলসে লেপ্তুনা মওল মওল খলহল্লি।

অচীকপদা উনদুনা
মীৎকা মীৎকা চানদুনা থম্মোয়গী অবেপ্পসে
নাপ্পা চীক্লা ফোঙদোক্লগে খল্লি
কায়নবা ঙম্লোইদবা ঐঙোন্দা
অৱাম্বা পোৎলুম পীবিদুনা
নুংশিগী চৈনা অকনবা ফংহনবিনু।

নিমাইচান্দ খোকচোম

# লমদম তাম্না লৈহৌরবা

লমদম তাম্না লৈহৌববা
নঙবু কবম লেপ্লিবগে
থম্মোয়নদি হাযবি ইনাক্তা লেঙদনা লৈবি
চৎলমদাইদা উনহৌদ্রবসু
নঙ-ঐগী য়াইফনবতা খঞ্জবি
থবায় হকচাং পূম্বসু কখোকচববনি।

নোংমদি লাকখিনি
লেপ্লবনি নমাঙদা পুক্সিগী ওইনা
অচেৎপা ব্রাখলদুদা হোংবিবমগনু
কাউবিদনা নীংশিংবিবকপদা
পেঞ্জবি থম্মোয়না হায়ফম খঙদনা
ঐগী ওইবা নুংশিবা হো নুংশিবা।

চীংয়াগী লৈকোলদুদা
শজিবুগী কুশুলৈসু লৈশাৎ তম্লমগনি
নুংশিবা অনীদো লাক্লে হাযবম্লনি
লমহেনবা খোইমুদা ওইবিনু
ব্রাখল চোইগেসু খনবিনু
লেপ্লিবনি পুক্সিসে নঙসে ঐগী ওইবে খন্না।

নিমাইচান্দ থোকচোম

# অরোইবা ওইনা উনখিসি হো চান্নবা

অবোইবা ওইনা উনখিসি হো চান্নবা
থম্মোয়গী অবেপ্পা ৱাদো ফোঙদোক্লখিসি
হো নুংশিবা পীথোক্লোইয়ে থম্মোয়সে কনাদসু
নঙগী পূকচেল খঙবীনি।

নঙগা উনগনি ঙাইবসে
মপোক অমা হৌস্লবোই নীংলে
কুইনা থাদোক্লিংদে নুংশা থীজেনে
ওইদবা হায়জদে অবেপ্পনি ঐগীদি
হোংলবোই মপোক অসিমগী
ঙাইজবি ঐনা য়াইফবা নুমিত্তু
নীংবা কায়বদদি ওইহনবিগনু।

ঐবু কাউবিগনু নুংশিবিয়ু চান্নবা
কল্লক চাউবা য়াম্মী তাইবংসিদা
য়েংশিন্নিংবনা য়েংশিল্লবসু
লেপকদবা ঐনা নঙগী লেপ্লিযে
পুন্সিদা নঙ নত্তবা অমা থেংনগনি থাজদে
কনাগুম্বা অমদসু নুংশিগে নীংজদে
থৱায়সি মপু পাল্লে খঞ্জেনে।

নিমাইচান্দ খোকচোম

# মীনোক খূদিং মীৎয়েং খূদিং

মীনোক খূদিং মীৎয়েং খূদিং
শুংহৎপিবে চমজবী থম্মোয়সে
ইনীং তম্বা ঙমদবে
লাঙ্গোই চনখ্রে নঙগী ব্রাখলনা।

নঙগী নুংশি মিবেলনা
থম্মোয়দা অসুম লেঙদনা লৈবে
ঐগী পুন্সি ঐগী থম্মোয়
নঙতগী ওইনিংলক্রে ওইনিংলক্রে।

নঙগী মীনোক নঙগী মীৎযেং
ঐবু নুংশি হায়বা নত্তবা
চৈফম লৈতা চৈনা অমা
পাল্লবে পাল্লবে থম্মোয়নুংদা।

ঙাংবম ইবেতোম্বী দেবী

# মেরা থাদি লাক্লে লাক্লে

মেবা থাদি লাক্লে লাক্লে
নুংশি মায়থোঙদি তামখবে তামখবে
থাবলনা ইপোম হৌবক্লে
পম্মৌ শুমাঙ চাইগোম্নুংসে।

নোংদোন থক্কী থাজ নঙদি
চৎলু মোমোন নোক্লা নোক্লা
অদুঙৈগী চান্নবা মাদি
কবম লেপ্লি য়েংলম্মু।

তম্বিবোকো নঙনা নাপ্লা চীক্লা
নুংশি মপাউদো মাগী
ঐনা মাবু নীংশিংজবগুম
মানসু ঐবু নীংশিংলিববা।

ঙাংবম ইবেতোম্বী দেবী

# ঐগী নুংশিবসে কনাগী নত্তে

ঐগী নুংশিবসে কনাগী নত্তে
ঐগী ৱাখল ঐগী থম্মোয়
নঙতগীনি খঙবিয়ুকো মসিতদি
কনাগী ৱাখল চঙঙমদে ইফমদা।

নঙনা চল্লম্বা মীৎয়েংগী পাউখোং
ফোঙলবোনে নুংশি চীনবালদুনা
হংলবোনে ৱাহং কয়া কয়া
ঐগী থম্মোয়না পামজনা ঙাইহিবা।

চৎখিনু চৎখিনু থম্মোয়গী অৱাবসে
খঙশিন্নদা উশিন্নদা খঙনা খঙনা
চৎখো নঙসু হনখো নদোম
নুংশি পাউখুমসে তাবগা ইফমদগী।

ঙাংবম ইবেতোম্বী দেবী

# হংগে খল্লুই বাহং অমা

হংগে খল্লুই বাহং অমা
লোন্না চীক্লা তৃমিন্না নঙোন্দা
চীনবাল য়ৌসি য়ৌঙমখিদে
লোত্তুনা লৈখি থম্মোয়নুংদা।

নিঙোলগী মপোক্তা পোক্লুবনা
ইকায়থিবী মপোক ওইক্লবনা
ফোঙদোকচবা ঙমজখিদে
অবোনবা থম্মোয়গী বাবী।

পুন্সিগী লমল তোলহৌবনি
থম্মোয় মাগী লমল
খঙলমগনি মাগী থম্মোয়নদি
ফোঙঙমদ্রবা থম্মোয়নুংগী য়াবাসে।

ঙাংবম ইবেতোম্বী দেবী

# হংগু হংগু অমুক্তা হংগু

হংগু হংগু অমুক্তা হংগু
নঙগী থম্মোয়নুংদা লোন্না
ঐনা নঙবু কয়াগী মতীক নুংশিজবা
খঙবনি মাদি ঐগী অবোনবা ব্রা।

থম্মোয়না থম্মোয়বু মশক খঙবনি
ঐগী থম্মোয়নুংগী ব্রাবোল পূম্বা
ফোঙঙমদ্রবসু চীনবালথোংনা
খঙবনি নঙগী থম্মোয়নদি।

চম্লবা ঐগী থম্মোয়সিনা
কয়াগী মতীক নুংশিজকবা
খঙবতদি খঙবিয়ুকো নঙনা
মদুতনা ওইজবগে অপেনবা।

ঙাংবম ইবেতোম্বী দেবী

# ঙৱাংসু লাক্কে ঙসিসু লাক্কে

ঙবাংসু লাক্কে ঙসিসু লাক্কে
লাকউকো হয়েংদি শোয়দনা
হো চান্নবা
ঙাইবমগে নঙগী মায়কৈবু য়েংদুনা।

নঙগী নশক উনিংলগ্নোই খনববা
নুংশি ৱাখলদা ঐগী থম্মোয়সে
ৱাবগ্নোই হায়না নীংববা
কয়াদি কুইবে ঙাইজবকপা
নঙনা লাক্কদবা লম্বীসিদা।

লাক্লবোই খন্দুনা লাক্তববা
মীবায়গে নীংদুনা কাউববা
চিংনবক্লে ঐগী থম্মোয়সে
হয়েংদি শোযদনা লাকউকো
লেন্নজগে নঙবু
ইতাবোই কয়াগী মমাঙদা।

গোপেন্দ্র খোকচোম

# উখিদবা কুইরেদা ঐগী চান্নবা

উখিদবা কুইবেদা ঐগী চান্নবা
কবম্না লেল্লিসু হংখিদবে নোংমতা
কাউববিদবা ঐবু নীংশিংলিদবা মানা।

লোইদাম কয়া উবক্কবদা
নুংশি নওগী উনিংবা চেঙলৌ
থোইনা হেন্না খোয়বাঙলক্লে
নুজা পূক্লিংসে লৈতাদবে।

নুংশি নওবু ঙাইবদা
কুমজা কয়াসু হৌখবে
কৈদৌঙৈ উগনি হংজবি
লোঙ্খোক্তবা মীৎয়া অনীদা।

গোপেন্দ্র খোকচোম

# নওগী কায়না থৌরীনা

নওগী কায়না থৌবীনা
থম্বিবন্নে ঐবু পুন্দুনা
খাম্বী মৈচাক মৈবকসিদা।

মৈচাক্তা কেম্লবা ঐগী পুক্নিনা
হংলি নফমদা নুংশিবা কবিনো
তাঙ্গোইসে নওনা কবিবু লেমহৌবি
ঐগীনি হায়বা তাইবংসিদা।

পেন্না চৈবখো লমহেনবী থম্মোযসে
নুংশিবা কবিগী হৈবল্লি হায়না
উবগা ঐগী ইতৌতবু
নোক্লা নোক্লা য়েংলখোনে।

গোপেন্দ্র খোকচোম

# য়েংলকপদা অসুক চাক্লবসিনদি

য়েংলকপদা অসুক চাক্লবসিনদি
নুংশিনববদি কয়াদা নুংঙাইজনি
কায়নবা তাবগনা কবি ওইহৌনি।

নঙগী নুংশি ৱাখলদা
লৈতাবা ঙমজদে ঐগী পূক্লিংসে
কনা খঙদা থম্মোয়নুংদা
লোত্তুনা থমজবা নঙতনিনে।

পূক্লিংগী ৱাহৈ অমত্তসু
ফোঙদোকচবা ঙমজদে নঙগী নফমদা
নকাদা লমহেনবা তাদুনা
কায়না মৈশাবু লাংগদবা।

গোপেন্দ্র খোকচোম

# চীংমায় খোন্না চাক্লিবা লম্মৈ

চীংমায় খোন্না চাক্লিবা লম্মৈ
নঙগী মৈবীদুনা ঐগী থম্মোয়গী
মৃৎঙমদবা মৈচাকসিদগী হেনগদবা।

নুংশিবা মাগী নুংশি শক্তম্না
শাববা মোংফমগী মৈবী মবক্তা
মৈশা খঙদনা তৃমিন্না লৈখিবা
ঐগী থম্মোয় পুঙমদবে।

ঐগী নুংশি কায়নবগী মৈচাক্লা
হায়ফম খঙদনা হেল্লি
খাঙঙমদনা চাক্লিবা
ঐগী থম্মোয় মৈচাক্লি।

গোপেন্দ্র খোকচোম

# কপ্পুরে পুন্সি লাঙ্গুরে

কপ্পুবে পুন্সি লাঙ্গুবে
পঙলুবে ৱাখল য়াজবে
খল্লুবে মৈশ্যা লাংনবা
তূংশিনবা হৈবে ৱাজমন।

পুন্সিগী লাইমন খঙদবা
নুংশিবা থম্মোয মকপনি
পল্লেপফম তাক্তা শক্লোৎপা
মৈচাক্কী লমন ওইজবে
নবালগী ইবাল লৌজবে।

কনাসু চৈদে পিবাংনা
ৱাবৌদে থেম্বা পামজনা
ঐতদি মীগী ওইব্রনি
নঙতবু শাউবা ঙম্নবা
থদৎলে লংলা ৱাশক্কি।

একেন্দ্রা তেনসুবা

# মাঙখিনি কিজবা ইরলনি

মাঙখিনি কিজবা ইবলনি
লোইখিনি পামদবা খোঙচৎনি
চোকথবা ফাওদবা ৱাখলনি
নুংশিবা থম্মোয়গী লাইনিংনি।

ঙাইবগা নুংঙাইবা হেল্লকপা
খাম্নুবা য়াদবা মতম্নি
য়েংলগা উদবা অবোনবা
শেন্নবা ঙমদবা পূকচেলনি।

কপ্পনি নোক্লনি খঙদবা
হিংলিবা পুম্সিগী লাইবক্নি
মকপ্পা য়েক্লবা ওইখিবা
থাজবা হেল্লুবা তাইবংনি।

একেন্দ্রা তেনসুবা

## চীংশাং লান্না খৌশাবা

চীংশাং লান্না খৌশাবা
শাবম থিংনা শাফাবা
অয়ূক থোকপা শজিককুম
চেঙলৌ হেনবা লোয়ুম্বনি।

ব্রাবক চেৎপা ইশাবী
য়াথং ফৌবোই ইঞ্জগে
ব্রাঙাং কমজাউ হুনবিনু
শামা পাঙ্গল শোনবীনি।

মীৎলু তবং ঈবাহৌ
অব্রা পিবাং পিহৌফম
ব্রাংবল মৈচাক কিজবী
ননাউ লাইবক চাউবিনি।

একেন্দ্রা তেনসুবা

# শিনি খঙনা পোকপনি

শিনি খঙনা পোকপনি
ব্রানি খঙনা পানবনি
তাইবং চেঙজেন চাদুনা
নম্ম পুন্সি লেনবনি।

নূবা থম্মোয় নুংদতা
খাম্বী মৈরায় তোয়হনবা
শাবী খোঙ্গুল লীদুনা
হৈনা মতূং ইনঙমদে।

অপাম নুংশি মউশিং
থংলেন তাউজিং য়ানববা
শবি পল্লেং লোন্নুবা
মোম্মু য়াইবী থাখিগে।

একেন্দ্রা তেনসুবা

# অসি ওইরে তাইবংপান

অসি ওইবে তাইবংপান
খোয়ুম নঙগী নোংদমখোল
অসি ওইবে নুংশিবা
পায়মা লৌথি লাংথাকপা।

লাইজ ঈচেল অকনবা
থংপা ঙমদে কৌশিংনা
কোবৌ মশেক মঙালনি
ঙাকপা ঙমদে লৈচিন্না
পাম্মু খূজিল থৌবাংনা
ইবাল ইপোৎ ফাহল্লে।

পামেল উদা কায়দোংবা
শুম্না উবাং চাহংপা
মবোই তাউবা মহূইনা
মপু খঙনা চীকপগুম
পাম্মু খূজিল থৌবাংনা
কায়না চৈথেং পীবল্লে।

একেন্দ্রা তেনসুবা

# তৎথ্রোগবা পুন্সিগী তেলঙ্গা

তৎথ্রোগবা পুন্সিগী তেলঙ্গা
পাইথ্রোগবা নঙবু য়াম্না লাপ্না
ঐগী মীৎয়েং ঝাংমদা
ইশাবী মাবু তুংইন্না।

থম্মোয়গী লংলা তৎথ্রবদা
তাজনিংদ্রে তাম্নাগী খোঞ্জেল
পোত্থাফম খঙদ্রবা থম্মোয়নি
শক্লনু নুংশিগী ঈশৈ।

শীন্থখিবা মীৎলুগী পিবাংসে
থম্মোয়গী ঈচেল পুদুনা
তিনখ্রসনু ঈতিনফম চানা
পূনথ্রসনু অচৌবা ঈপাক্তা।

লোকেন্দ্রো ঙাইবাংবম

# উরম্নবা ঐগী মীৎসিনা

উবম্নবা ঐগী মীৎসিনা
খঙলমগনি নঙগী শক্তম
নুংশি ফোঙদোক্কে খল্লম্বা
ওইববে ঙসিদি মঙলানগী নুংশিবা।

মতম কয়াগী মমাঙদগী
তাবকপা নঙগী খোঞ্জেলসে
নাপ্পগী লৈচল ওইহৌবে
ইদোম মৈচাক খাঙহৌবে।

লীজগে খনবনি ৱাবীসে
তম্নবোই কনাগী মফমদসু
খাঙহৌবগে ইদোম মৈচাক
নঙতবু থম্মোযদা লাত্তুনা।

লোকেন্দ্রো ঙাইবাংবম

# থম্মোয়না হংলি নুংশিবা

থম্মোয়না হংলি নুংশিবা
মফম কৈদা লৈবনো
নঙবু থিকবা ঐহাকসে
মৈচাক্তা ফংলি ঙসিসু।

কল্লবা নঙগী শহমদা
চেম্থবি লমহেনবী রাখলনা
পম্বুং খঙদে নুংশিবা
পল্লেপফম লৈতে নহাকসে।

কবম্বা ময়াইনো নুংশিবা
শাবী শানৌ কয়াদি
নঙগী নুংশি লৈকোলদা
শান্নবি নতীকপু খঙদনা।

লোকেন্দ্রো ঙাইরাংবম

# নাইতোম তাহৌরে ঐদি

নাইতোম তাহৌবে ঐদি
ইদোম পুন্সি লেলহৌবে
হাওল মালং অতিয়াদা
নাইতোম পাইবা চেক্লাগুম
কপ্পা ইদোম লৈহৌবে।

ঝাহে খুদিং কোচি থাং
চীনবালদা মোমোন নোকখিবা
কাযনা লম্বী শেম্লবোই
লমহেনবা নওগী থম্মোয়না।

নঙনা মীগী ওইখিবা
ঐনা মৈচাক খাঙহৌবা
মদুনা নুংশিবা শক্লবোই
থম্মোয় শেংনা নুংশিকবগী।

লোকেন্দ্রো ঙাইবাংবম

## তত্তনা হংলি থম্মোয়সিনা

তত্তনা হংলি থম্মোয়সিনা
ঐগী পম্বুং কৈদনো
পল্লেফম খঙদ্র পুন্সিনা
কনাবু নীংশিংদুনা লৈখিনি।

ঙসিগী থাবলসে উবগা
নীংশিংহল্লে তামথ্রবা নঙবু
কাউগে খনবনি থম্মোয়সিনা
নঙগী পুন্সিনা য়াইফনবা।

নুংশিগী ঈচেল কংথ্রবদা
শীন্থবনু মীৎলু পিবাং
নীংশিংগে খল্লিবা থম্মোয়সে
চাকথ্রসনু নীংঙমদবগী মৈবীনা।

লোকেন্দ্রো ঙাইবাংবম

# হো থাজ নোংমদোন থাজ

হো থাজ নোংমদোন থাজ
ঙাইখোনে নঙবু অমুক্তদি
তল্লমখো লোন্না মাগী মপাউ।

নৈকোলগী নৈবাংশিং নোকহল্লমখো
চীংগী চীংয়া পাৎকী পাৎয়া
ঈথক হৌহল্লো ফৌনাগী জগোয়
য়েংলগে পেন্না ফজবা পৃন্না।

নঙতবু য়েংলগা লেঞ্জবা পুন্সিনি
নঙতগী নঙালদা পেঞ্জবা থম্মোয়নি
তাখোনে নঙসু নুংশি ইপাউসে
নঙনা নোংচুপ চীংয়া পাংদ্রিঙৈ।

বী. কে. পাঞ্জিময়ুম

# কপ্পনু ইতা চান্নবী

কপ্পনু ইতা চান্নবী
খোইনৌ ইতা নুংশিবী
কবিগীনো হীক্লা তেংথাবিবা
থেম্বিবোই কনানা মতাঙসিদা।

কোক্তা কজেংলৈ লৈতেংবা
হকচাংদা লুহোংবগী ফূবীৎ
নাপ্পদা নাইনবু য়াল্লিবা
মীৎতনা কবিগী ঈবানো।

অঙাং ওইহৌদগী লোয়নবকপা
নতা ময়ামসু য়েংলিয়ে
নঙবু থিল্লগে ঙাইবিয়ে
শকখঙদা মাগী মবানয়াইদা।

বী কে পাঞ্জিময়ুম

# পারী চেঙলৌ উদবা

পাবী চেঙলৌ উদবা
লোইদাম মশীং য়াম্লক্লে
পীক্ল খোঞ্জেল তাদবা
কুমওন কয়া হৌখবে।

নঙগী নাউশুম অপীশক
হাইনা হুম্না খাঙলিদো
লাক্লো কৌবি খৌবাংনা
চাগী লাইধি নাব্রানা।

থাজৈ মচা মোবানবী
কৌবি নঙবু শান্নসি
ইমাই নমদা পোবগে
নখূৎ মচাদো হাইববো।

বী কে পাঞ্জিময়ুম

# ঈখৌ লাংজবী নোঙৌবীনা

ঈখৌ লাংজবী নোঙৌবীনা
অবাপ্পা নোংখোং ঙাইবগুম
ঙাইবিনে তনিকপা থম্মোয়সিনা
মেবাগী থানিল নঙতবু।

নঙগী মেঙলবা নঙাললা
পুক্লিংবু ঈথক-ইপোম হৌহনবা
থম্মোয় য়েন্নীং হুলহনবা
পুক্লিং মদোম কঙাওনহল্লে।

পুদুনা চংখিদৌবে থাবলগী মঙাললা
নিঙোলগী পুক্সি মহৌশাগা মান্নদ্রে
অপাম-নুংশি ব্রাখলদা ঙাওবে
মীৎকুপ খুদিং উনিংদুনতা লৈবে।

বী কে শান্তিময়ুম

# মৈচাক পুবা অহিংসিদা

মৈচাক পুবা অহিংসিদা
মৈবী অসি মৃৎঙমদা
পৃক্লিংগী অবোনবা ব্রাবীসু
লোত্তুনা থম্বগী কান্নদবে।

নোংথাংগী মৈবীগুম চাক্লবা
লকানুংগী মৈবীসে
মৃথৎপিবো কৈদৌবগে চান্নবা
মমাঙগী ব্রাবীদু কাউবগে।

অপঙবী থম্মোযনি ঐমক্তি
লৈকংলাগী লৈবাংগুম
উফুল ওইনা পাইখিনি
নৌজবিবী পুন্সি লোমদনা।

বী কে পাঙ্জিমযুম

# লৈকোলগী নীংথিরবা লৈরাংলকসিদা

লৈকোলগী নীংথিরবা লৈবাংলকসিদা
লৈবাংনা শাৎতুনা খোইমু ঙাইবগুম
মালং ইচীক হুল্লদুনা
ঙাইখিগে পাম্মুবা মাবু ঐসু।

লৈবাং খুদিং ঙংলম্লগা মীৎকুপ্তা
লৈশাৎফম নংনবা পাইখিবা খোইমু
হাইফেং য়েংলম্লগা পাম্মুবা নঙবু
নুঙা কনাগী বাখলদা হনখিদৌবিব্রা?

মীৎকুপতা থম্মোয় হুখিবা নুংশিবা
নুবা খোঙ্গুল লীবিবকউ
লৈকোল লৈবাং লেঙদনা শাৎপগুম
পাম্মু নঙগী মায়কৈবু য়েংঙবি।

**বাহেংবম য়াইমা সিংহ**

# নিংথম লৈচিল্লক্তা ইংখোল খূদিং

নিংথম লৈচিল্লক্তা ইংখোল খূদিং
মোমোন নোক্লা শাৎলিবী হঙ্গাম মপাল মচু
অনৌবী মৌনা শেৎলগা
মাঞ্জ মানা মিতাজবা মচু।

কোকশেং ওইনা শেৎলগা নূবানা ফক্লেনথক্তা
শনশেন নহানা শৈথানিংবা মচুনি
লৈয়োলগী খোইহি উবগা
হয়িংখোই খোইনিংখোইনা শুমহৎপী।

লৈশা মপূং ফাবক্লবনা
মাঞ্জ কাদা খোঙদোইবকপদা
ফিশেংবু শেৎলদুনা হঙ্গাম মপাল মচুগী
অয়ূক্কী মৈবাবু কৎচনিংবী নিঙোলনা।

বাহেংবম য়াইমা সিংহ

# শৈথাদুনা শক্লকপা শৈশকপা নখোয়না

শৈথাদুনা শক্লকপা শৈশকপা নখোয়না
নুংশিবা কায়না মৈশা লাংলবা ঐদি
খাংঙমদা চৈনানা য়েববি থম্মোয়দা
মমি তাবদুনা মীৎকৃপ্তো মীৎমাঙদা।

চৈনা খাঙলিবা ঐগুম্বা কয়াসু
তেংবাল্লিবনি থম্মোয়দা খাইনবগী হায়দোক্তবা
শোয়দনা নিংঙল্লোই মখোয়সু চীখদনা
খুদিংমক থম্মোয় পাল্লিবনি অৱাবগী।

শৈশকপা নঙগী শৈহেক শৈথাদি
লেপ্লবোই মতম্বা লৈবিবা মখৈ
তাবগনি খোঞ্জেল লেপ্তুনা নাপ্লদা
হেন্না ৱাহল্লিবদি শাথেংলম্লবা ঐগু খ্বসিনি।

**ৱাহেংবম ৱাইমা সিংহ**

# মীরাইবিদকো নোংদম্বা নঙনা

মীবাইবিদকো নোংদম্বা নঙনা
নিঙোল ওইবী মপোক
পলেম পম্বৌনা নাউকোন্দুনা
পুন্সি পোলোইফাও লৈহনবিদে।

থাবূম তবা নাউপুদুনা ইমানা
শবেপ কাঙদোং ফানা নাউকোল্লে
তাইবং শিল্লম কয়া তাক্লুনা
লৈকায় ইতাবোইগা শকখঙনবক্রে।

শবেপ মপূং মবৈ ফাববদা
নুংশি লীপূন্না হেন্না কনহন্দুনা
ইবীক পুন্দা মাগী ওইনা
তুংইনহনবী পলেম পম্বৌ থাদোক্লুনা।

বাহেংবম মাইমা সিংহ

# লৈশাং মতম য়ৌহন্দনা মহৌশা খুৎশেম্মা

লৈশাং মতম য়ৌহন্দনা মহৌশা খুৎশেম্মা
উনালক্তা পোল্লগা লোৎলিবী ঐবু
লৈপাম্বা খোইমুনা তোয়না পাইবক্তুনা
লৈশাং তল্লো লৈহি চেল্লব্রা ঙংলবে।

পল্লৌ শঙ্গায়নুংদা লৈজবী ঐবু
ইচে ইনেম কয়ানা লৈকায়গী
থোঙ্গাল বাংমা লানইন্দুনা
খোয়দাবা কনাগা মীৎচানহল্লে।

নুজা ওইনা পোক্লপনা
পুন্সি মপূং ফাবক্লবদা
নিঙোল থৌদাং তোম্দনবা
নোংদম্বা মানসু ইনশিল্লমাল্লে।

বাহেংবম য়াইমা সিংহ

# লেপ্লি পুক্সিসে ইতোমতা

লেপ্লি পুক্সিসে ইতোমতা
ইপাঙ কনাসু য়াওদনা
কাযনস্ত্রবা মহাকপু নীংশিংদুনা
থম্মোয় কাযনা হীক্লা কগ্গুনা।

ফম্লিবোই নীংলি ঙসিসু ইনাক্তা
ওইনজবদুনা মহাক্লা ইফমদা
নুংশি রাবী লীশিং লীশিংনি
অচীকপা অহিংদা শানখিবা।

কবিগী থাজকই মহাকপু
লেঙদ্রবা পুক্সি খোঙলোয়গুম
কদায়দনো হৌজিক্তি চৎকদৌবা
লম্মাঙনববা ঐহাক ইথন্তা।

**নিবঞ্জন উশম**

# মীনোক অমগী ৱাখলদা

মীনোক অমগী ৱাখলদা
পাউখুম ঙাইজবিবী ঐনি
ৱাহংতনা থল্লবা পুল্লিসিনা
লেল্লদবা ইদোম তবক।

লোম্থোক্তবী অমগী মতৌগুম
কনা খঙহন্দা লৈখ্রদবা
থম্মোয়গী অনীংবা খঙবিদা
কনাদসু ফোঙঙমদনা অসুম।

ঙাইজবগী অৱাবা খঙলবা
নুংশিবগী মমলসু খঙলক্কনি
শোয়দনা ফংগনি নোংমদি
নীংজবিবা ঐগী মঙলান।

নিরঞ্জন উশম

# কনানো নঙবু শকখঙদবা

কনানো নঙবু শকখঙদবা
ঐগী থোঙজিন্দা লেপ্লিবা
থেঙল অহিংগী মতমসিদা
কনাবুনো নঙনা থিবিবা।

কবিনো নঙনা খল্লিবা
খল্লিবদো ঐসু খঙনিংই
থম্মোয় হূবা মীনোক্নুনা
কাইহৌবিববেনে ঐগী থম্মোয়সে।

নাইতোম হিংলিবা পুন্সিদা
খাঙঙমদ্রবা চৈনা পীবিবে নৌহৌনা
অসুক ৱাবা মৈচাকসিদি
থেংনখিদ্রি পুন্সিদা অমুক্তসু।

**নিবঞ্জন উশম**

# নাপল কারবা নঙগী নুংশিবনা

নাপল কাববা নঙগী নুংশিবনা
কায়হল্লন্নে থম্মোয় মচেৎ তানা
মীগী ওইখ্রে খঙলবা নঙসে
মীবাযবদি ঙমদে ঐগী পুন্সিনা।

ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবা নুমিত্তো
নীংশিংলগা অসুম ব্রাহল্লে ঐবু
তত্তনা নিজৈ ব্রাববা থম্মোয়না
নীংশিংহল্লনু অমুক হৌব্রবা থৌদোক্তো।

অদুবু অসুম নীংশিংবা মানা
তত্তনা ওৎলবি ঐগী থম্মোয়বু
মসিবু কবম্বা নুংশিগী খূদোলনো
নুংশিনবা খূদিং অসুম্মা ব্রাববা।

নিরঞ্জন উশম

# নীংশিংবা নঙনা কাইহৌবিরনু

নীংশিংবা নঙনা কাইহৌবিবনু
ব্রাবৌবা হৈত্রবা থম্মোযবু
পিবাংসিনা চামম্রসনু
অদুঙৈগী নুংশি শক্তমদো।

ঐতগী ওইনিংলুবা নুংশি মহাকপু
ওইশ্রবনি লম্লানবী কনাগী
নীংশিংহল্লনু অমুক হন্না
তাংকক অমদা লৈনবম্বা মবীদো।

যাইফবতা ওইসনু মাগী পুন্সি
পুবক্লনু অমুক মাগী মপাউ
নোংদম্বা মানা তম্লমদ্রবদা
অবেম্বনি পূম্নমক ঙসিদি।

**নিবঞ্জন উশম**

# শকখণ্ডদবা নঙগী মায়থোঙবু

শকখণ্ডদবা নঙগী মায়থোঙবু
খঙহৌদা উকবা মীৎকৃপসিদা
হৌবক্রে ব্রাখলগী নোংলৈ অমা
লৈতাফম খঙহন্দনা ঐগী পৃক্লিংসে।

হংজবদি ঙমজদে ইচীলসিনা
নঙনা লোন্না য়েংলম্বগী মবম
নুংশি ঈপাক ঈয়াইসিদা
নাইতোম তানা চৎলিবী ঐবু
পুবিগে খল্লববা নঙগী তোবর্বান্দা।

লৈহন্নিংলে নঙসে ইনাক্তদা
পুন্সিগী ওইনা লেঙদ্রবা অমগুম
চৎখিবা তাববা নাথৈদুনা
হিংহৌনি কবয়া ঐহাক্তি
নুংশিগী ঈপাকথকসিদা ঈবাক্রনা।

**থিংবাইজম স্মারনকুমার সিংহ**

# নত্তৌ য়েংগে খন্দুনা ঐনা

নত্তৌ য়েংগে খন্দুনা ঐনা
নঙবু নুংশিদবা শাখিবনি
থম্মোয়নুংদদি লাৎচবি নুংশিনা
ঐগীতা ওইনা পুক্সিগীনি খন্দুনা।

নোংমা-ফাদোক শাউবদো নঙনা
ঐগী মবমগী কপখিবদো নঙনা
উজনিংদুনা য়েংজনিংদুনা ঐনা
য়েংজখিবা নুংশিগী চাংয়েংনি
ৱাবৌবমাল্লে ঐবু চান্নবা নঙনদি।

নঙনা হাযবতা য়াজবিবী ঐনি
নঙগী ৱাখলতা খঞ্জবিবী ঐনি
নঙগী শক্তম্লি ঙাওজবিবা ঐনা
ওইনজনিংবা লক্লজনিংবা ঐনা
নুংশি পন্থুং য়ৌদ্রিবৈঙেসিদা ঐনদি।

থিংবাইজম স্বরনকুমার সিংহ

# নুংশিদরা ইতা নিঙোল মপোকসে

নুংশিদবা ইতা নিঙোল মপোকসে
পলেম-পম্বৌ মীৎয়েংখাদা
পুন্সি অসে হৌবক্লগা
পাম্মু নাক্তা শাগে ওন্দুনা
পুন্সি অসে লোইগদৌবিবা।

কুমগী কৃশ্মৈ মতম লাকপদা
ইপাম লমদম্নি হায়দুনা
নোংমা-ফাদোক চৎচবা নত্তনা
ফংলক্লবোইকো তোয়না তোয়না।

অঙাং ওইবিঙে ইতা ময়ামসু
থাবল মতমগী ব্রাবী শীংবুলসু
নীংশিং নীংশিং কপ্লহৌবনি
পুন্সি চেঙজেল লোইবা ঙাইনা।

থিংবাইজম স্মারনকুমার সিংহ

# অহিংনা কৌরি ঐবু

অহিংনা কৌবি ঐবু
অচীকপদা থোবকউ হায়না
লৈচিলনা হায়বক্লি অমুক
মাগী মতুং ইল্লকউ
অপাম-নুংশি অনীগী
হৌবকফম তাকপিগে হায়না।

ৱাহংদি অমত্তা হংলক্কনু
হৌনশানি হায়বি তাইবংগী
অহোংবা অমা লাকখিবা য়াই
পঙ্গুংগী ৱাখল থম্মুখিনু।

লৈবক্সগী মানা ঙাইদুনা
থেংনবনি লম্বীসিদা নুংশিগী
উনদনবা লোংলম্নবা কবিগুম্বা
কৈদনো নোক্লমগদবা পুক্নিদুনা
মসি নত্তরা লাইবক হায়ববু।

খিংবাইজম স্মারনকুমার সিংহ

# মচোই মচোই তাহৌরবা

মচোই মচোই তাহৌববা
ঐগী শমজিগী শমজিবৈসে
নখূৎমক্তা থেৎখিবনি নোংমা
খণ্ডবিবক্তবে ঙসিদি নীংশিংবিবমদবে।

থম্মোযনুংগী ব্রাহংনি খঞ্জদুনা
পাম্মু নাপ্পদা লোন্না চীক্লা
ফোঙজখিবা নুংশি পাউখোংসু
মালংদা লোইনা তিলহনখবে
নুজা মপোকপুসু মীবাযবিবল্লে।

নুংশি নঙগী নতৌ উরুবদা
অহেনবা পান্নম্নি থাজকদে ঐনা
নঙনা হাযবতা ইল্লশ্বী থম্মোয়সে
কায়না মৈচাক ফংহৌবেদো
নশুংলাংগীনি খন্না লেলহৌবগেকো।

থিংবাইজম স্নাবনকুমার সিংহ

# অহিংনা চৎখি নীংঙাইদনা

অহিংনা চৎখি নীংঙাইদনা
ঙাইবমদে কনাবুসু তুংহন্না
থম্মোয়না শোলহৌই নীংঙমদনা
চৎত্রবা মাবু নীংশিংদুনা।

যেন্নীংথা নাকেন্থা কযানা
লক্লবি ঐবু মোমোন নোক্লুনা
লেপ্পাইদনা শীন্থবিবা পিবাংবু
তেংবাংলবি ইঙাগী নোংজুনা।

তাইবংদা অমুক লাক্লুনা
ইমাঙদা লেপ্লবোইদবা নঙবু
নীংশিংদুনা পেন্না কপচবসিনা
অপেনবা ওইবে ঐগী থম্মোয়না।

জমুনা মখেংবম

# লাক্লো ঐগী নুংশিবা পাম্মুবা

লাক্লো ঐগী নুংশিবা পাম্মুবা
চোকথবা লৈত্রবা ঐগী ৱাখলনা
খল্লি লেপ্পা লৈতনা নঙগীদমক
অশিং-অৱাম্বা নোংজু-নুংশা।

অহাঙবা অতিযাদা ঐনা উবি
নঙগী নুংশিবা শক্তমদো
মোমোন নোকপা মাযথোঙদো
লৈচিল্লক্তা লোৎলি ঐবু লক্লবি।

নঙবু নুংশিবা ঐগী থম্মোয়সে
মীৎকুপ অমা পোত্থাবা ঙমদবে
থম্মোয়দুনা ঐবু নীংশিংদ্রববা
খঙনিংলে অশেংবা ৱাখলদো।

**জমুনা ময়েংবম**

# থাবলদা লৈশাং তমজবী

থাবলদা লৈশাং তমজবী
থাবল্লে লৈবাং লৈনুংশি
নুংশিদকো ইতা নহাকসে
শকউদ্রবসু লৈনমদি হেল্লি।

অচীকপদা লৈনম্মা লমযৌবী
লৈকায পনবাল ব্লাংমা লান্না
লৈনম্মা কোযনা চংপদি
নহাক লৈবি তাক্লিব্রা।

কোবৌ মৈশাবু খাঙঙমদা
থাবলদা লৈশাং তম্লিবী
খ্বাঙজেংবা খোইমুবু কিবনা
অচীকপদা নদোম লোৎলিব্রা।

জমুনা ময়েংবম

# হংনিংবনি ব্রাহং কয়া

হংনিংবনি ব্রাহং কয়া
মতম কুইনদগী খল্লকপা
নঙতদা তম্মিংবা ইপাউসে।

তানিংদবা লৈববা নঙনা
হাযদবা ঙমগনি পুক্সিচূপ্পা
ফোঙদোক্কনা অসুম লৈববসু
ব্রাদে ঐদি কৈদৌনুংদা।

চৎথ্রো হাযবসু লাপ্পা
নঙোন্দগী তাম্না অবাপ্পদা
নঙতনা নুংঙাইনি খল্লবা
ওইখিসনু অসুম পুন্সিসে।

সলাম শান্তিবালা

# নীংশিংবা খূদিং থম্মোয়না

নীংশিংবা খূদিং থম্মোয়না
শীঙ্খবি পিনা মীৎলুদা
লাপ্পল্লবদা নঙ-ঐ থাজদনা।

শক্তি কাউঙমদনা ঈশৈদো
অদুঙৈগী নঙগী শৈহেক্তা
ইদোম ফমদুনা অচীকপদা
থাবল মঙাল য়েংনা য়েংনা।

পিবাংনা মনীং তল্লে ঙসি
কাউথোকপা ঙমদা অদুঙৈগী ব্রাবী
নঙগী নিংঙাইদা খা'ঙমদনা
মিপাইজনা মাঙখিবা অব্রাবদো।

সলাম শান্তিবালা

# পুন্সিগী অহৌবা শরুক্তা

পুন্সিগী অহৌবা শকুক্তা
কবিগী হৈকবি নুংশিবা
ফংননবনি চৈনাসিতা পুন্সিদা।

মবোল চাম্মা চাম্মা
মৈশা লীশিং লীশিং
ফংলে মৈচাক থম্মোয়দা
কপ্লগতা লেল্লগে পুন্সিসে।

খঙলে নঙদি লৌনম্বনি
থম্মোয মশক খঙদবা
পিবাং মমল থিদবা
ওইয়ুকো নঙদি য়াইফবা।

সলাম শান্তিবালা

# নঙগী মীৎয়েং নঙগী মীনোক

নঙগী মীৎয়েং নঙগী মীনোক
কাউওমদে ঐনা মীৎকৃপ 'মত্তা
খল্লি নঙতা লোইনাইদা ৱাখলদা।

চৎলি নৈচিলদবু তোংদুনা
অৱাবা যাওদা নীংজবা কয়াগা
নঙতবু নীংশিং নীংশিংলগা
পুন্সি ঈচেল তোবৈবক্তা।

ওইবল্মী নঙদি মীনম্বা থম্মোয়
মীনুংশি খঙদনা চীবোল তৌবা
লৌনম্বা ৱাহৈনি নুংশি হাযবম্বদো
খঙলে ঙসিদি নঙগী থম্মোয়।

সলাম শান্তিবালা

# নুজা ওইবী মপোকসে

নুজা ওইবী মপোকসে
কবিগী ৱাহল্লি অসুম্না
হঞ্জিন হঞ্জিন চৈনাবক্তা।

কবিগী কিকনি পিবাংবু ঐনা
ইহৌশাতা ওইববা মপোকসিদা
খল্লুদ্রে অনৌবা চৈনা অমগী
কিকদে মৈচাক ফংনি হায়বগী।

মপোকথীবী ওইকবনা ঙসিদি
অচীকপগা মরূপ ওইবগা
পোথাফম ওইবি ঐগীদি
তবাম্না ওক্লদুনা মৈশাতবু।

সলাম শান্তিবালা

# নোংজুরক্তা তিনখ্রবা পিরাংনি

নোংজুবক্তা তিনখ্রবা পিবাংনি
কনাসু খঙদা কনাসু উদনা
কপচবনি মাগীদমক
মাঙখবোকো নোংলিক ওইনা।

খঙহৌদা হুন্নকপা নোংলৈ নুংশিংনা
কবম্না হুমখিবা মাযকৈ খঙদনা
পাম্মুনা থমজবা ঐগী নুংশিবা
কদাইদনো ঙসিদি উখিদবে।

কান্নদা মপোক্কী হৌখ্র ব্রাবীনা
নিলহৌবি ঙসিদি হাঙল থম্মোযদা
নোক্লবিবি ঐবু হন্না হন্না
চিংথোক্তুনা নীংশিং লংলা।

শগোলশেম বিলাশিনি দেবী

# নঙবু নুংশিজৈ হায়না

নঙবু নুংশিজৈ হায়না
তত্তনা চেক্লখি ইপাউ
য়েন্নীংথাগী মালংদা
থাবল ইপোম মবক্তা।

পাঙদ্রবী মপোক ওইবনা
লাকচবা ওমদ্রে ননাক্তা
গুলাবকী লৈনাদা ইবমগে থম্মোয়গী
নুংশি ইপাউ নুংশি ইপাউ।

য়েন্নীং হুনবা উখাদা
ঙাইবমগে নঙবু ফমদুনা
চান্নবনা লাকপা লম্বীদুদা
চাইবদুনা লৈবাং খূজোক
লৈবাং খূজোক।

শগোলশেম বিলাশিনি দেবী

# ঙাইরিবনি ঐদি নঙবু

ঙাইবিবনি ঐদি নঙবু
নুংশিবগী লম্বীসিদা
পায়বদুনা লৈবাং নাচোম
পীবগে খন্দুনা নঙোন্দা।

ঙাইবম্বদাই নঙসু নোংমা
ঐগী হাঙল লৈকোলসিদা
শক্লম্বদাই নুংশি ঈশৈ
কোকিলগুম্না পূক্লিং হূনা।

ঙাইবিবনি ঙসিদি ঐনা
নুংশিবা হো ঐগী নুংশিবা
লাক্লোনে লেপ্লবো ইমাঙদা
যেন্নীংথাগুম থম্মোয় শুমহৎনা।

শগোলশেম বিলাশিনি দেবী

# মেরাগী থাজও নুংশিবী নঙবু

মেবাগী থাজও নুংশিবী নঙবু
কবম্না কাউসিগে তোল্লবী মপোক্লা
নীংশিংবা মাতনা বাহল্লি ঐবু
কপ্তুনা লেলহল্লি ঐগী মপোকসে।

নঙবু উবগা মাবু নীংশিংবা
কৈদৌঙে লোইগনি ঐগী অৱাবা
কৈদৌঙে মৃৎকনি নুংশিগী মৈচাকসে
হায়য়ুনে নঙবু মেবাগী থাজ।

লাকউকো মেবাথা কুমওন খৃদিংগী
ওক্লমগে তবাম্না নীংঙমদ থম্মোয়না
চান্নবা মাগী নীংশিং মৈবীনা
মৈৱাইবকপা মীৎকৃপ খৃদিং
ওইবগে নিঙোলগী নুংশি পঙ্ফুং।

শগোলশেম বিলাশিনি দেবী

# থম্মোয়গী মৈচাকসে মৃৎখিনবা

থম্মোয়গী মৈচাকসে মৃৎখিনবা
নঙগী ব্রাখলসে কাউখিনবা
মৃৎথৎলগে নুংশি শক্তমসে
ইখূৎমক্লা য়েকচখিবা।

তাবমদাইগী থাজগী মঙালদা
পীববোইকো নুংশি পাউজেল
নুমিদাংব্রাইগী মালংদসু
হংলবোইকো নুংশি নপাউ।

নক্লবিঙৈ চান্ন-চিন্নবিঙৈ
ব্রাবী কয়া নঙগী ঐগী
তিনখ্রসনু হাঙল মালংদা
লৃপখ্রসনু ঈবোন্নুংদা।

শগোলশেম বিলাশিনি দেবী

# ঙরাংদা হেকচবা গুলাবসে

ঙবাং হেকচবা গুলাবসে
ঙসিদি মচু ওল্লম্লে
লৈবাংগী লৈনম য়াওবমদবে।

গুলাবকী লৈনম্মা হাজবম্বা
মল্লবা ঐগী খাংপোকসে
কৌজেং হাবৌগী ঈশৈনা নিল্লে।

নুমিৎ থা-থব্রানমিচাক
অহোবা ইনা মবক্তা
ঙম্নমক উখিবনি অতিয়াদা।

ঙসি কোবৌ নোংসিদি
কীন্থবক্লে লায়ব খাংপোকসে
গুলাবসু লৈনা কেল্লক্লে।

হবাইবম জাঙ্কো

# থম্বাল ও শকহেনবী

থম্বাল ও শকহেনবী
ইঙেন থানা লাক্লবদা
লৈবাং তৃমিন লৈঙমদ্রবোই।

খোইমু খোঞ্জেল তাবদা
লৈবাং লৈকা ফল্লদুনা
মাঞ্জ মাবু ঙাইববা।
লৈকা ফন্না শাংলিবী
লাইজ নুংগী ঈয়াইদা
কবম হেকসিগে নঙবু।

ইঙেন নোংজুনা য়েবদা
লৈবাং লৈনা কেল্লববা
লৈবাং পুন্সি লোইববা।
লৈবাং নঙবু ব্রাগনু
মপু মাগী শিন্থানি
তাইবংপানবগী হৌনশানি।

হৃবাইবম জাদো

## তান্নবা চীংয়াদুগী উচান মখোঙদা

তান্নবা চীংয়াদুগী উচান মখোঙদা
নোংমা পুবিখি ঐবু নঙনা।

শাংলবা লম্বীদু চৎপদা ঐনা
থেংনখিবা অশংবা লৌবূক
চাক্তাহৌবা ঙানু থঙ্গোং
নীংশিংলিববা নঙবু ঙসি।

অদুঙৈগী নুমিৎশিংদু ঐনা
কয়াদা নুংশিনা নীংশিংলিবা
মীৎতা অসুম উদুনা লৈবে
নীংঙমদা মৈনা চাক্লে চাক্লে।

অৱা-নুংঙাই ৱাবী কযাদা
খঙখিদে ঐনা শাংলবা লম্বীদু
কয়াগী মতিক শাংই হায়বা
চীক্লবা মফমদুগী ফজবদু।

হৱাইবম জাঙ্কো

# নঙবু য়াওরকউ তুরেলগী ঈচেল্লক্তা

নঙবু য়াওবকউ তুবেলগী ঈচেল্লক্ত।
ঐসু লৈবমগে তোবর্বানগী শিংনাংলক্তা।

ঈংনা তপ্লবা ঈচেলদুনা
খজিক থেংলম্মু পাম্বীদুবু
নতূং ইন্না তাউথজগে
ওইজগে মদুনা অপেনবা।

পাক্লবা ঈপাক্তু য়ৌবগা
ঈবৈ ওইনা লৈশিল্লক্কে
নঙগী ইপোম হৌব ঈপাক্তা
য়াওজগে ঐসু ঈথক ওইনা।

অকনবা নুংশিং ওইনা শীৎলবসু
ঊনা ওইনা পাইজগে শহুমদা
অহাঙবদা পাইবা অঙৌবা লৈচিলদা
নোংলিক ওইনা পাইজগে ঐসু।

**হবাইবম জাদ্ধো**

# নঙগী মায়খোঙ অসিদি-১

নঙগী মায়খোঙ অসিদি
ঈপাক ঈবেল নীংশিংলে
থম্মোয় হূবা মীনোক্লা
চীংলোন পল্লোন লানহল্লে
ঙাওবে ঐসে নুংশি নঙগী।

নঙগী মায়খোঙ উকৈঙে
বাখল চেক্লা লমদল্লে
মীংয়েং পাউখোং চল্লকঙৈ
পূক্লিং ঈথক হৌবক্লে
খল্লে ঐসে বাখল নঙগী।

মীনোক লাংনা ফাবিঙৈ
থম্মোয় লমদম নৌবক্লে
বাহে য়াওদে খঙনবে
থম্মোয় নঙগী খঙজবে
পেল্লে ঐসে পুক্সি নঙগী।

দোনেশ্বর কোন্সম

# নঙগী মায়খোঙ অসিদি-২

নঙগী মায়খোঙ অসিদি
নুংশি ৱাৰী ওইবনি
নঙগী মীনোক অদুসু
থম্মোয় পাউখোং ফোঙবনি
খঙলে ঐসু য়াজবে।

নোক্লা যেংবা মীৎযেংনা
পূক্লিং কিশি থোকপনি
তূমিন লৈবা নতৌনা
ৱাখল শৈবোল ওইবনি
খঙলে ঐসু যাজবে।

ৱাহৈ অমা হায়দনা
অপাম পামদা খঙহল্লি
খোঙথাং শহুম নাইদনা
থম্মোয় লকা য়ৌবল্লে
খঙলে ঐসু যাজবে।

দোনেশ্বৰ কোজম

# নওগী মায়থোঙ অসিদি-৩

নওগী মায়থোঙ অসিদি
চীংয়া তময়া মতৌনি
তৃমিন লৈবা মীৎয়েংসু
লৌবুক লমহাং নীংশিংলে
হায়বি ঐনা নোক্লা নোক্লা।

মোমোন নোকপা মীনোক্লা
লিকোন খৃৎতা হাপ্পনি
মীৎযেং অনী পাউশাবা
কুমওন খৃদোল ফংজবে
পেল্লে ঐদি থোইনা হেন্না।

ব্রাহৈ যাওই নোকপদা
নুংশি ব্রাবী ওইহৌবে
চেঙলৌ অদো নুংওনবা
পুন্সি লৈপুল নীংশিংলে
নোক্লে ঐদি থম্মোয পেন্না।

দোনেশ্বর কোন্সম

# নঙগী মায়খোঙ অসিদি-৪

নঙগী মায়খোঙ অসিদি
থম্মোয় য়েন্নীং হুনবনি
মীনোক নোংথাং অসিসু
নুংশি লাইবা শোনবনি
খঙদে নঙদি পূক্লিং মাবু।

ইবাঙ-লাঙবা নতৌনা
ফাইবেন লৈচিল শক্রোন্নি
মকা লাম্বা মীনোক্লা
হাঙল নোংদোন মশক্রি
খঙদে নঙদি থম্মোয় মাবু।

য়েংলোই খল্লে ঙমজদে
মীৎয়েং লাইবা হৈবনা
হায়বোই খল্লে কাউখবে
থম্মোয় মপাউ পীখবে
খঙদে নঙদি থম্মোয় মাবু।

দোনেশ্বর কোজম

# নঙগী মায়খোঙ অসিদি-৫

নঙগী মায়খোঙ অসিদি
পুন্সি পামেল য়েন্নৌনি
নঙনা খঙবা খঙদবা
ওইনা য়াবী লীজবে
তাদে নঙগী ওইবা য়াহৈ।

নঙবু লাকপা ঙাইবদা
নিংথম উলেন শীংনবে
নঙগী ওইবা য়াখলদা
থম্মোয় লৈবাং শাৎলক্লে
হায়দে নঙদি পূক্রিং য়াহৈ।

য়াহৈ শম্বল খাবকপা
পূক্রিং পামেল কংলক্লে
মীৎযেং লম্বী থৈখিবা
ওল্লাং মৈশা খাঙজবে
তমদে নঙদি থম্মোয় য়াহৈ।

দোনেশ্বর কোন্সম

# শাগৈ অমগী মৌনি ঐদি

শাগৈ অমগী মৌনি ঐদি
নঙগা মবী লৈনদ্রবীনি
থম্মোয়গী ৱাদো থম্মোয়দা থল্লসি
মমাংঙৈগী ৱাদো পল্লবনুসি।

হৌজিকপু অদুঙৈ নীংশিংনবগা
নৌনা ৱাবী পোপথোক্লবগা
মমল লৈতবা তাগনি পিসে
নীংঙমদবা হেনগনি পুন্সিসে
নঙবু নুংশিবনিনে ঐহাকসে।

নঙগী চীনবালদা খূৎশাসে থম্লে
ৱাহৈদো ঐদি তাবা ৱাবে
থৈনববনি লশ্বীসিদা ইবান্নি
নুংশি হায়কব্বগী কান্নদবে
ঐসে খল্লবনিনে ৱাখলসে।

উলেন্‌ মীতৈ

# মপু তাক্তনা লৈকোল চঙলম্লে

মপু তাক্তনা লৈকোল চঙলম্লে
লৈদি য়েংদনা ঐবু থিবম্লে
লৈকায় তানবা লাউবগে
হূবানবা অমা ফাবে।

হায়মু হৌজিক্তি কবি পাম্মী
চৈবাক অমদি ফংবা তাবি
শুকথশিন্নবা য়াবোই হো পাখঙ
উহৌবগী তৌবনি ঐখক
হূবানবা অমা ফাবে।

নখুত্তা কবিসু পাযদ্রবসু
অবানবা তৌদে খুন্নবসু
হকচাংসিদা থম্মোয় য়াওবমদবে
নুংশিবনা মহূৎ শিল্লম্লে
হূবানবা অমা ফাবে।

উলেল্ মীতৈ

# ঙাইবদা ঐসে ৱারুরবনি

ঙাইবদা ঐসে ৱাকুববনি
থম্মোয়সিসু ৱাবৌকুবনি
মোমোন নোকচবে হৌজিক্তদা
লাক্লবদা ইনাক্তা নঙনা।

নোংলৈ-নুংশিৎলক্তা ৱানা খঙখি
উপাল মকমদা ঐনা কপখি
চোৎলবা ইনফি যেৎন-যেৎনা
ইমানা হৎলমগনি মিপাইবনা
নঙবু থীনা চৈনিংলকখি।

নঙনা হায়খি লৈ-পুবক্তনি
ঐনা খনখি কবি থানো
হৌজিক-হৌজিকসি শজিবুনি
নঙবু গুলাব হেক্লকপবা
হাঙলবা নাপ্পসি উবিববা ?

উলেন্ মীতৈ

- - - (০) - - -